


অহান্‌বা ফোঙ্‌বা—
কোপী ১,০০০ সেপ্টেম্বর ১৯৮৬ ইং

মখুৎ য়েকপা—মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রত সিংহ
মহুংগী লাই য়েকপা—শ্রীহাওবম্ শ্যামসুন্দর সিংহ
অঙবা—বি, মিত্র
জোব এণ্ড আর্ট প্রিণ্টার্স
২০৬ বিধান সরণী
কলিকতা - ৬

[illegible] মণিপুরগী লাইরিক যোনবা ঙকৌন য়াউবহ।

## ঝাহৈ অম'বিদং

"থবোই' পাউদম্" হাযবা লহিরিক্ মচা অসিগী লাই যেকবা হোৎনবগী অকনবা থৌদাংদি মহাবাজ কুমাবী বিনোদিনীবা ওইবিখি।

ঐগী নুংশিজববা ইয়াম্বা হাওবম্ শ্রীশ্যামসুন্দব সিংহনা মনুংগী চেনাশিংগী লাই অসি যেক্পিবক্ই।

মহাবাজ কুমাবী বিনোদিনীনা মযাম্বুং মাইমা প্রিযব্রত সিংহদা ঐগী লাই অমতং যেক্পিনবা হঙৎপিকই। মহাবাজ কুমার প্রিযব্রতনা তরাম্ তবাম্ তৌবিদুনা মথুমগী লাই অসি যেক্পীবক্ই।

মহাবাজ কুমাবী বিনোদিনী দেবী, হাওবম্ শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ অমসুং মহাবাজ কুমাব প্রিযব্রতবু হন্না হন্না থাগৎচবগা লোমননা মপোক্ অসিগী কাউজবোই।

তাং ১৬৷৮৷৬৬ ইং — ইবোহল্
কলিকতা

# থম্মোইঁ পাউদম্

## কাউঙমৃত্রেবা থম্মোইনা পাওথংমজরি

[ ১ ]

কাউজন্ থীরবা তাইবংনি
কাউরম্নিনি হায়নৈদো—শোম্নৈদো তক্তনা ।
নঙ্দবু মুংশিজরবা থম্মোইদি
নঙ্বু কাউঙমদে—কাউবা লৈতে থম্মোইনা ।
নহাক্থংগী চাক্লবা থম্মোইদি
নকাদা পাউদমজরি তাও—তেংথাম্নিদো তক্তনা ॥

[ ২ ]

তখেল্লে নাচোম্'মা মাহাক্থং
শাবী শানৌ খুৎশম্ন
মুংশি হিদেন্ তামিম্নখি ।

নাচোম্ সাক্ষি ওইনখি
পাম্মুই মুংশি তেম্শিংনখি
লৌশি লৈশি হায়নখি ।

পলেম্ ঙম্নসিংনু ম্রাশক্নখি
পম্মৌ ঙম্নসিংনু তেম্শিংনখি
থাঙ্লেন্ য়াদা চিক্লখি ।

লৈরাং শেৎন চিন্‌মিমৈ
হৈরাং খাইন চামিমৈ
লোম্না নাচোম্‌ চিন্‌মিমৈ।

পলেম্‌ ইখিল্‌ লাংলক্‌উৈ
পক্কিরমদাই খুতম্‌ ওইরক্‌উৈ
মুম্না থম্মোই হোংখিদো।

অওক্‌পা নুরা পুক্‌চেম্নি
মুজা শাগৈ চেম্বহল্লি
নুরা লৌনম্‌ তৌখিদো

মুজা কোলোয়দি ফোঙ্‌লরোই
ময়েক্‌ শেংনা পল্লরোই
মকা ফোংনম্‌ হায়রবোই

মুংশিনা মুংশিদ' শাখরে
মুজাগী থম্মোই লোৎখরে
তিল্লাং খানা শিংখবে

শিনিং শিজহো মতানা
মুংশিবমু কান্দুনা চৎখিবা
থম্মোই কায়না কপ্‌হৌয়ি।

মিৎলু লাইজ ঈহৌনা
মুংশি তাম্না য়েংঙ্গুনা
তুমিল্‌ তুমিন শোঙ্গহৌয়ি।

নুরানা তারোই তোক্‌সনু
মালংদা তিন্নুগে তিন্‌খিসনু
থম্মোই পাউদমনি মাঙ্‌জরোই।

থম্মোই পাউজাম্‌

ক্ষোংম্বোক্তবা থম্মোই ম্রাইহেনা
        মুজা মকাদদি য়োৎবা
                থম্মোই হক্কা পাওথংনরি।

[ ৬ ]

ফুইনা হোন্‌বা নিংশাজক্
        তুমিন্ তুমিন্ কপ্পনা
        চাক্লবা থম্মোই' তেংথাখোল্
                হন্না অমুক্তদি তারম্‌খো
                        কনা' মশুংলাং তেংথানো।

মুংশি কন্নি পুক্‌চেম্নো
        মুজা থম্মোই কন্‌মল্লি।
অপাম্ মুংশি থুংলম্‌দাই মুংশি য়াশক্ কোক্লম্‌দাই
পলেম্না খুদাং পায় মিৎন্না লাইজ ঈহৌৎে
থম্নুং/কিকোই লোওন্‌বী পলেম্ মা-নবু শা
ইমাগী লাংলেন্ মুংশিবী ঈমানা হায়বা ইল্লুনে
                        পলেম্না তোয়না থেম্‌দোকপা
                                মুজা থম্মোই ওন্‌খিদো॥

নূন্না কন্নি থম্মোইনো
        হক্লা মুংশি হৈমন্দে
        মুংশি য়াশক কাউমন্‌খে,
                হন্না অমুক্তদি নীংশিংলখো।
লোম্না ভাম্না তেংথারি—,
                অর্পখো।

নুরা মাখল্ থেন্বনা মুংশি পুক্চেল্ হোংখিদৈ
হন্না ফাউবা য়েংলমদ্ব কায়ন ঈপাক্তা থাদবৈ
নুরাবু চিংনা য়েং মিৎলু লাইজ ঈহৌম্রি
মুংশি নঙ্দি ভাবিয়োই থম্মোইদা লোম্না তেংথারি ॥

[ ৪ ]

তনিক্-তনিক্পা থম্নাথরী লাইজগুম্
কায়ববা থম্মোই পাউদম্নি
মুংশি নকাদা তম্বনি
নুবা নঙ দি খঙ্দ্রবোই
অমুক্তদি ভাবিখোনে মুংশিবী ।
কাযন-তেংথা তাবগা
নুবা নোক্লা পেম্নহৌ
অহিং লৈ-না থেঙ্জিল্লক্ মালংনা কাইদ হুম্লবৈ
কায়ন-মৈরী চাউহন্বী থাবন্না ঈপোম্ হৌরক্‌বৈ
চেক্লা মদোম্ ঙাইরবা থংলেন্ কায়নবা চেক্লানা
নীংশিং নীংশিং খোংবগুম্ পামেল্ ফম্বে তোংদুনা
থম্মোই-কায়ন ঈবা হৌ
ঈক্লা থম্মোই পাউদম্লি ॥

নুবা নঙ্গী নশুংলাং
থম্মোই কায়না চোংবসে
থম্মোই খুদুম্ শুবসে
হন্না য়েংল' নোক্লহৌ
নীংঙমদবা থম্মোইনা পাওথংনরি—
ভারখো ।

থম্মোই' পাউদম্

ঋুদ মঙাং থোক্পনা নুংশি নঙ্গী নকাদা
শুরা থম্মোই কনুমক্সি কবি পুক্চেম্মো হায়ঙমদা
চেন্নাগুম্ কৌশি-কোঙমদ থম্মোই মৈঙম্ শাবদি
নুংশি থঙদ তাহন্বা কম্নি পুক্চেম্মো হাক্মক্সি ॥

[ ৫ ]

নুজা নঙ্গী নকাদা
হাক্থেংনদি হায়ঙমদে
অহীক্লবা থম্মোইসে
নাপ চিক্লা পাউদম্লি
কবি নুংগীনো তাবিথো।

পুঙমদ্রবা ঐগী থম্মোইনি
থাংঙমদনা মৈচাক্ খাঙ্বনি
মোইরাংগী কদেংথোবা তোবর্বুং য়াবৌ থিরিঙৈ
মশাবী তোম্নু নুংশিবী নিংথৌ নাচোম্ ওইখিঙৈ
হায়দোক্পদি ঙমজদ কদেংগী থম্মোই কায়খিদো
চিক্লা থম্মোই লকামুং কায়ন-মৈচাক খাংখিদো
কদেং মাগী থম্মোইগুম্
ঐগী থম্মোই পুঙমদে ॥

কদেংগী থম্মোই কৈদৌনি
মিৎলু লাইজ ঙীহৌনৈ
থম্মোই হীক্লা তেংথাজে
মশুংলাংগী তেংথাকই কাম্নজে।

কদেংগুম্ থম্মোই মন্নবে—

শ্নেংবিয়ু

মশাবী তোন্থু চিংন-শ্নেং য়াক্নৌ খুদোল তরুপ্পু,
থোইরাং নিংথৌ মথুন্তা থাঙ্লেন্ খুদোল্ কৎলগা
কোংদোক্তবা রাইহেনা কদেংগী থম্মোই মৈচাক্লো
মিৎস্না লাইরূ ঈয়োইনা পাম্থু মকাদা তম্থিদো ॥

[ ৬ ]

ঐগী থম্মোই তেংথাদি
থম্মোইদা নৈশিন্ চঙ্খগে
তাখিবা কনা লৈজদে
কায়ন-মৈচাক্ পাউদমগে
নংশি নঙ্দা তাবিখো।

নুরা নঙ্দি তারিবোই
নুংশি নঙ্দি খঙ্লিরোই।
রারবা থম্মোই মৈচাক্তি কনাদা করম্ তম্লুনি
কোংগমন্নবা থম্মোই পাউদম্ থম্মোইদা ইদোম্ কংলনি
থাংজহন্‌বা থম্মোই পুন্থহৈদো কদেং থম্মোইগুম্ লোন্নাইদে
মশাবী তোন্থু মকাদা য়ারো পাউজেল্ তম্গুম্-তম্ঙম্দে
কায়ন-মৈথৌ হেন্নরি
ইদোম্ থম্মোই মন্নরি ॥

চারুবা ঐগী থম্মোইনা
থম্মোই পাউথাং রৈজবা
নুরা নকা য়ৌভম্দে
টিল্লা লোন্না মাঙ্খরে।

রাজ্গোপাই পাঠক্

ঐগী মিচং লৈজদে—

স্নেংবিয়ু।

ইচিক্ হুন্‌বা থাজনা চিঙ্কা তাম্বু পুখরে

মিকপ্ কায়রবা চেঙ্কা খোঙ্গেন্না তুমিন্-তুমিন্ তিন্‌খরে,

লুরবা লাইজ-ঈপান্থক্ অমাইমেক্না কেন্‌বদা থাঁওখরে

অকেন্‌বা উনা কয়ুম্না ফগ্না ঙগ্না লম্‌খরে ॥

[ ৭ ]

নীংঙম্‌দবা থম্মোইনা

লোম্না লোম্না কোঙবা

মতম্না তুমিন্ পুথ্রগা

ইতিহাসকী মনানা তাবরোইদবা

চিঙ্কা হৈদোকখ্রমাল্লে লম্বাংদা।

ঐগী থম্মোই মৈচাক্তি

কনানা পাদম্ থাঙম্লোই।

কায়ন-মৈনা চাক্লবা মোগল সম্রাট সাহজাহানগী

ফুইনা ফুইনা হোল্লিবা নীংশা মপী মরক্তগী

থোরক্লিদো সুংশিরবা খোঞ্জেল্ মমতাজ! মমতাজ! মমতাজ!

থম্মোই কায়রবা কয়াদা সুংশি পাউথাং হৈরিদো

ঐগী সুংশি-তোয়না কৌবদি

থোইনা মৈচাক্ হেন্নরি ॥

মিৎলু ঈরা হো

সুংশি তান্না কৌবসে

নুরা মানস্থ তাবিদে

থম্মোই লাইমন্ ওইনহৌই।

থম্মোই মৈচাক্ কোক্লগে—
তাবিখো।
পুন্সি খোঙ্চৎ লোম্ত্রিফাও' পেম্না-পেম্না কৌজবা
সাহজাহানগী চাক্লবা থম্মোই খোঙ্খাং মমতাজ ! মমতাজ !
তত্তুনা খোঙ্খাং য়েদুনা সমুদ্র ঈচেল্লা পুখরি
থাবল্গী ঈপোম্দা য়াওখিবদো সাহজাহানগী মৈচাক্
কোক্লরি ॥

[ ৮ ]

ঐগীদি সুংশি-কোলোইহি ফোংঙম্দে
থামরেল্ অওম্বা মৈতাল্গুম্
কনা তাখিদগে মতাগুম্
থম্মোইদা লোম্না কৌজবা
ন্নরাই থম্মোইনদি খঙ্বিখো।
ফোংদোক্কবা থম্মোই রাহৈনি
মৈচাক্ রাংলমনি খল্লুম্ন।
যুগ যুগ কয়াদগী কায়ন-মৈশা লাংবা কম্লানা
তুমিন্ তুমিন্ চিক্ল থম্মোই পাউদম্ ওইদুনা
সুংশি পাউথাং য়েনরিবা পুরুরবা সাহজাহানগী থম্মোইনা
থোইনা মৈচাক্ হেন্বা নত্তে— থোইনা হেন্বা নত্তে
খঙ্বিদবা ঐগী মৈচাক্লা
মালংদা লোম্না মাঙ্খিদো ॥

কায়ন-মৈচাক্ ফুম্বংনরবা
অপা-ননা হায়সি-হায়ঙম্দা
থম্মোই পাউথাং য়ৈরিবা
নুম্না নকা য়োসম্নু।

থম্মোই' পাউদম্

থম্মোই চাক্লা পাউদম্লি—

ত্রয়খো।

ভতুনা খোঞ্জেল্ খোক্লা সুংশি নঙ্ব্র কৌনিংঙি
খাঙ্ঙম্দবা কায়ন-মৈচাক্সে নাপ-চিক্লা তম্নিংঙি
য়াদবা মতাং থোক্পদা সূরা কোলোয় লোৎচবি
তাও পাম্বী তাও—চিক্লা লোম্না পাউদম্লি ॥

[ ৯ ]

উনা উনা তাম্খিবৈ
মিৎলু লাইজ ঈহোনা
খ্বাক লাইখল্ শাদুনা
খুনিং কাংগাং য়েংজবা
সূজা নঙ্দি উবিবোই।
কয়া নীংঙম্দবা থম্মোইনো
সুংশি অমুক্তা থল্লম্খো।
সুজা কোলোয় সুংশিবী ফোংনা কৌশি-কোঙম্দা
উনা উনা তাম্বনা কৌনিং-কৌনিং কৌঙমদা
নীংঙমদবা থম্মোই মৈচাক্পু চিংনা য়েংবনা ফোংজরি
হায়দোক্তবা রাহৈনা থম্মোই চাক্লা পাউদম্লি
নথা নঙ্দদি তাবিখো
সুংশি নঙ্দদি খঙ্বিখো ॥

থম্মোই মৈচাক্ ফোংনিংঙাই
রাহৈ লৈতবা হৌনশা
ভত্রনা শিম্বা পিরাংনা
সুজা নথক্তা তাসমু।

নহাকুথং শিন্থবা শিরাংনি—

ব্রারৌকদে।

চিরু-লোম্‌-তুমিনা থম্মোইদা মৈজাক্ থাড্‌বনা
কনা তাখিদগে মতাঙ্গুম্ নিংশা ফৃইবা হোন্দুবা।
থম্মোইদা খুত্তুম্ শুরগা শোম্বাংবনা শোজবি
হন্দক্ মপোক্কী কাউবথোই মুজা পুকচেল্ য়াংমল্লি॥

[ ১০ ]

কায়ববা থম্মোই লকাম্মুং
লৈশক-লৈচু খঙ জদে
লৈরাং তোম্‌থিল্ শাৎলরে
কনাই মগুংলাং শাৎপনো
করি লৈবাংনো য়েংলম্‌খো।
নুবা তুংদা নীংঙম্‌লোই
লৈশক্ মুন্না য়েংলম্‌খো।
মুজা-কায়ন নহাকুথং থম্মোই মৈশা মরক্তা
খুইরুম্ খুইকম্ তৌত্তুনা নীংবা কায়না শাৎলিবা
নুরাগী মুংশি রাশক্না কাইদ ঙিং-ঙিং হিংজরি
পাম্মু নকাদা তম্‌জগে থম্মোই লৈরাং হেক্‌চরি
থম্মোই লৈরাং য়েংলগা
মুজা থম্মোইস্মু নৌনহৌ॥

ঐবু মুংশি লৎনবকম্মু
কায়রবা থম্মোই লৈরাংনি
মুংশি খুদোল্ ওইরনি
নুমা লৎনহৈদে লৎনম্মু।

কঙ্গাদা-পাঙ্গল্ থোক্ত্রবা—

য়েংঙ্ঙ্লো।

য়াদবা মতাং ওইবনা খুধেৎলনা পীশি-পীওন্নো

সুংশি থাইকে য়েংদুনা মুজানা লাকদবা লমীনা

ঐগী থম্মোই লৈরাংগী কাইদ-ভপ্পা থাদবি

খুন্গৎপিয়ু লৈরাংথোংবী— খুনবিখোৎকো সুংশিবী ॥

[ ১১ ]

শোক্পদা কায়'দগুম্ মেংলবা

থম্মোই-কায়ন লৈবাংনি

লৈরাং লৈপোপ্ কায়থিনি

কাইদ-ভপ্পা খুন্গৎলু

শীঙেল লৈরিক কেন্থিনি।

থম্মোইদি থম্মোইনা খঙ্বনি

মুজা নঙ্সু খঙ্জিনি।

অপামনা সুংশি শাবদি থম্মোই মৈচাক্ খঙ্নদে

মশাগী ওইজবা থিবিঙৈ কায়ন চৈথেং খঙ্নদে

থম্মোই লৈরাংনি খনবিয়োই শীঙেল্ খোঙ্লেৎনবনি

হন্না-তুনা য়েংবিয়োই লৈবাং পন্থুনা মাঙ্থ্রনি

কাইদ-ভপ্পা খুনগৎপিয়ু

শীঙেল্ লৈনা তেক্থিনি ॥

লৈয়াংবু কুইনা লৎনঙৈ

শীঙেল্ লৈপোপ্ কায়থ্রগা

লৈবাং লৈমন্ চলথ্রগা

শীঙেল্ অয়েখা তাথ্রনি।

সিংজিং-খাঙ্জিং লেপ্লনু—

খুনুগংলু।

মনুং মতম্ চাত্রিদো হেক্রুবদি কিজবৈ

পোম্বোম্ শাংপী লৈরাংগুম্ লৈনায়রুল লোংজিবৈ

সুংশি খঙ্দবা কনানা শীঙেল্ খোঙ্গাউনাত্রিবৈ

কাইদ-তপ্পা খুনুগংলু লৈরাং লৈপোপ্ কায়ত্রিবৈ ॥

[ ১২ ]

অহীক্লবা থম্মোই কনাগী

কবি পাউদম্ লৈবাংনো

নীংঙম্দবা করি মপাউনো

কবিসুংগী লৈবাং অহীক্লরিবা

শীঙেল্ মতৌ য়েংলমখো

অহীক্লবা পাউদম তারমখো

কাইন-সুংশি পাওমেল্লম্খোদা।

কায়ন-মৈচাক্ খাঙবনা মরু কেয়বা লৈরাংনি

খিত্তুংদা শোক্লুবৈ কেনখিবনা হাল্লদবা লৈরাংনি

খোঙ্গেল্ নীক্লা পাওমেন্জবি—লৈকা লৈকা হাইদোকৃউ

লৈচা তপ্পা শেংলগা কাইদ-তপ্পা খাইদোকৃউ

শীঙেল লৈনা তেক্থিনি

লৈবাং লৈকা কেন্থিনি ॥

লৈনা চোইনা তা

লৈকা লৈকা কেন্থ্রগা

সুংশি নকাদা তপ্লিংবা

থম্মোই পাউদম্ তাহৌররোই।

মাই-প্যান্নজদে হায়গন্নু—
নীংঙম্‌হৌরোই।
লৈব্রাং লৈকা কেন্‌ঙৈদা ম্নাওম্নিবা থম্মোই কেন্‌থ্রনি
শীঙেল্‌ লৈপোপ্‌ কায়ঙৈদা থম্মোই পাউদম্‌ মাঙথ্রনি
সুংশি নকাদা উৎনিংবা ঐগী থম্মোই উহৌররোই
নুজা নঙ্‌বু তাহন্নিংবা থম্মোই' তেংথা তাহৌরম্নোই।।

[ ১৩ ]

নুজা নঙ্‌দগী নহাক্‌থং
কনাগী থম্মোইনা খঙ্‌দবা
নুজা থম্মোইদনা মথঙ্‌বা
নকাদা তান্না তম্‌জবা
ঐগী থম্মোই লৈরাংনি

লৈকা তপ্না হাইদোক্‌উ
থম্মোইনা থম্মোই উগনি।
লৈরাং পূম্‌ম্নান্‌ য়েংঙুদো ঐগী থম্মোই পূম্‌হৈনি
অহিং লিক্লা থাংবঙুম্‌ মিৎলু লাইজ ঈহৌরি
লৈকা চোইনা য়েংঙুদো চাক্লবা থম্মোই পাউদম্‌নি
লৈকা লৈকা খুদিংনা হীক্লা হীক্লা পাউদম্‌লক্কনি
মবোল্‌ শেংনদদি তাবিথো
থম্মোই মৈচাক্‌ কোক্লহোগে।

পলেম্‌ চৈথেং কিবনা
সুংশি সুংশিনা লোৎপদি
নুরা কৈদৌদবা শাবদি
নুজা থম্মোই ম্লারিনি।

উদ্‌শিন্‌-কান্নগা চংখিনু—
যৌনদে।
ঙাক্পা নীংঙম্‌দবা খোঙজেম্বা লৈরো লৈকা খুদিংবা
নূরা নঙ্‌বু তাবরগা নুংশি তৌবা কৌরম্‌লগনি,
নুজা কোলোয় নুংশিগী চিংকা খুদিং য়াওরম্‌গনি
চিন্না-ইংনা অাকিবু চাইবা থম্মোই পাউদম্‌নি ॥

[ ১৪ ]

থম্মোইদা মৈচাক্ শুম্বদি
ইদোম্‌ থম্মোই পুঙম্‌দে
নুজা নকাদা তম্‌জগে
য়ারো চাউবা তাইবংনি
নুংশি ঐবু য়াবৌনু

হীরা নুংশি পাওথঙ্‌নবা
থম্মোই হক্লা য়ারোকদে।
পক্ষিরমদাই মতম্‌দা নুংশি লৌনম্‌ তৌবদি
শিনিং-শিজো নহাক্তি খঙ্‌দে-তোদে চেন্‌বদি
নুংশিববু চংহাৎ-হাৎলম্‌ লোক্ল-নোক্লা চংখিবদি
নবাগী নুংশি য়াশক্তো অসি ওইরেকো পাম্মুবী
থম্মোই কায়না পাওথঙ্‌নবনি
নূরা খোইনা লোক্ল-হো ॥

মন্তোম্‌দা হিংগে থন্দুনা
নুংশিবদা লৌরম্‌ তৌবদি
নুজা নঙ্‌সু হাক্কুমল্লি
ভুংদা থম্মোই কায়রখিনি।

হায়রগোত্তবা মুজা থম্মোইদো—

ওম্ চারহো ।

মুংশিবনা লোনম্ তৌথিঙৈ থম্মোই চোইরা কাবদুনা

মিংনু-লাইজ ঈরা-হো মুংশি চিংনা য়েংদুনা

মুজা থম্মোই কনুগী মুংশি কঁরি পুক্চেয়ো

কায়ন-মৈচাক কোরুলে ঐগী য়াইবী লোয়ম্খো ॥

[ ১৫ ]

সাহারাদা চেন্শিন্‌বা ঈচেল্‌গুম্

লেপ্পা লৈতনা শিম্বরিবা

পিরাং মরিক্-মরিক্কা

রাহৈ রাহৈ ওইরবা

ঐগী থম্মোই পাউদম্নি ।

মুজা-থম্মোই য়োঙম্নি থাজদে

হম্না অমুক্তদি ভারম্খো ।

নুরাগী পুক্চেল্ হোংদুনা অস্তম' খোক্নি থঙ্লম্বা খোক্

মুজাগী চেংলো উত্রিঙৈ মুংশি করিগুম্বা হায়রম্দ

নুরা থম্মোই লকামুং মুংশি শয়াং খুরৌনরিঙৈ

মুজা নঙ্গী নহাক্থং কল্লক্-মিলোক্ ভাগ্রিঙৈ

ঐগী য়াইবী মাঙ্লম্লবদি

মুজাগী নিংবা থুংলমনি ॥

থাম্বী থকী লেয়ৈগুম্

অস্তুক্ রানা থম্'দৈ শরুক্

ঐগী য়াইবীসু লোয়ম্খো

মুজা ননীং থুংলহো ।

লোক্লা লোক্লা য়েংলগা—

পেন্নহৌ।

নূরা' ৱাশক্তি লোৎশিল্লু কবি তৌদবা শানহৌ

সুজা মাইথোঙ চেপ্লেনা তিল্লাং খানা শিৎনহৌ

মদোম্ থম্মোই কায়জবশি নুরাগী পাউথুম্ ওইনহৌ

হায়দোক্তবা থম্মোই সুংদ-ফুম্ খুবাক্ য়াম্না চৈনহৌ॥

[ ১৬ ]

পূক্চেল খঙ্দনা সুংশিরুঙৈ

নহাক্তি কায়জহৌ থম্বিরম্বা

থম্মোই ঐগী তনিক্লবা

মচেৎ তানা কায়দ্রিবরা

নুরা মুম্না য়েংলমখো।

নমিৎ থিৎনা য়েংলগা

সুজা থম্মোই পেন্নহৌররো

নূরানা নপান্ ফরিঙৈ নদোম্ থম্মোই মীনম্বনি

মীনম্বনা অচুম্বা শাবদো কয়া কুইনা লোৎথিনি

তুমিন্ তুমিন্ হোথ্রবা লেপ্লাইদবা পুন্সি খোঙ্চৎনি

ঙসি শাৎপা লৈবাংস্থ হয়েং তম্না কেন্থিনি

নুরাগী শক্তম্স্থ হোংলথিনি

থম্মোই-লৈরাং কম্নথিনি কাউরবোই॥

তাইবং পুন্সি ঈচেন্দি

হৌথিবা পুন্সি তোরৈদা

হনগৎ-হনগৎনা য়েংলগা

নীংশিং নীংশিং ভেংথানৈ।

নূরাস্থু নদোম্ তুমিন্ ভেংথারখিনি—
থন্দবোই।

পুন্‌সি খোঙ্‌চৎনা হৌজিল্লক্ মুজা থম্মোই কম্‌শিল্লক্
পুন্‌সি লৈরাংস্থু মন্‌শিল্লক নদোম্ থম্মোই ভেংথারক্
তরং লাইজদি ঈহৌরক্ চরৈনা খুম্‌শি-খুম্‌ঙমদ
নূরা থম্মোই কায়খ্রদো পিরাং লক্কা লোৎনহো ॥

## মঙংলাং' থম্মোই মরৈহৌবনি

[ ১ ]

কায়রবা থম্মোই লকানুং
কায়ন-মৈহৌৰৈ ফুইনা হোন্‌বা নিংশানা।
নঙ্গী নাপ অনীদা তুমিন্না
নঙ্গী কায়ন-মৈচাক্ থাঙ্‌ন-থাঙনা।
নকাদা চিরু-লোম্না তত্তনা
নহাক্‌থং' কায়রবা থম্মোইনা পাউদম্‌লি ॥

[ ২ ]

নূরা থম্মোই য়াংবনা
সুংশি রাশক্ কাউত্তুনা
লৎনবিরবা পাথং থম্মোইনা
নূরাগী রাশক্ ঙাইরিদো।

থম্মোই কায়না লৈহৌবা
কঙঙাওনবা পাথঙ্ থম্মোইনা
চান্না ঙাইজবদা মঙাইবা
নূরা হন্না য়েংলক্‌খিদরে।

কুম্ওন্ কুম্দম্ লাক্চঙে
প্লাখঙ্ থম্মোই ভাওনজে
হৌখিবা পুন্সি নীংশিংজে
থম্মোই হীক্লা সুংঙোম্লরি ।

লৈরাং' ফুগাইনা শাথলকঙে
খোইমু লৈরাং লৌদঙে
কুম্গী চেক্লাশা চাংগোকঙে
পাখং থম্মোই মন্নজে ।

য়েংঙু য়েংঙু খুদিংদা
ওল্লু ওল্লু মাইগেদা
নূরা শকক্ম্দা মউবা
থম্মোই কায়না য়েংজেদো ।

লৈরাং য়েংলে ভেংথাজে
থাবল্ উরে কপ্পজে
চেক্লা খোংলে নীংশিংজে
মদোম্ থম্মোই কায়নরি ।

বসন্ত-থানিল্ য়েংলগা
থরো-থম্বাল্ য়েংলগা
নীংঙম্-নীংঙম্দবা য়াহৈনা
নূম্বা নীংশিং পাওথঙ্নরি ।

[ ৩ ]

থম্মোই থিন্গাইগে মতানি
হৈনম্ লৈনম্ পুত্থনা
লাক্লম্মেদো অমুক্ হন্না
আবেব তৈবী বসন্ত— লাক্লেদো ।

মচু মচু য়েল্লরে
অপাম্-সুংশি কাইহৌয়রে
হাইকেৎ মোমোন্ নোক্লরে
তেন্দোং চেপ্লপ্ তৌররে
খুদাপ্ খুদাপ্ শৎখরে
শাবী শানৌদা খায়রে
লৈগী পল্লেং ওনখরে
সুংশি নোক্লা হুক্লরি ॥

অনৌবী বসন্তনা কাইহৌঙৈ
লৈরাং খোইমু নৌনঙৈ
শাবী শানৌ মালহৌনরিবা
নূরা নঙ্বু য়াওবরা
চেপ্থ চেপ্থ য়েংজবা
ইন্থোক্পিরেদো ঐবুদি।

থম্মোই খঙ্দনা সুংশিরুবা
কায়ন-ঈরা হৌরবা
অপাম্-সুংশি থুংদ্রবা
পাঙ্দবা নঙ্দি কপচেৎপা— কপ্লুরো।
নঙ্গীদি লাক্লরোই বসন্ত
চাক্লবা কায়ন-মৈরক্তা
ওন্ন-থোইনা খাঙ্ঙুরো ॥

কবম্বা ইরাল্ লৈদুনা
ঐবু করিগী ইন্থোক্পোই
সুংশিববু পাপ্নি হায়রিবোই
ইদোম্ থম্মোই কায়বনা
সুংশি তোয়না পাউথঙ্নজগে— তারখো।

ম্মাম্মা নীংঙম্‌দন্না থম্মোইনা
শোলজরি শোম্থাং-শৌম্থাংনদা
হন্জক্‌ মপোক্কী থম্‌থ্রবোই
নুংশি নুংশি কাউরবোই
মিৎলু লাইজা ঈহৌনৈ
তুমিন্‌ তুমিন্‌ তেংথাজে
লোম্না চিক্লবা লম্মাংদা তাম্বিবা কনা ম্নাওদনা—মাঙ্‌খরে ॥

[ ৪ ]

মাই তন্‌জৈ নুংশিদে
থোইনা নুংশিবা ম্নাঙাংনা
নূবা নঙ্‌না লঙ্‌নখিবদো
মাঙ্‌দা শং-শং উন্নরে— য়েংজরি ।
কঙঙাওনবা ইতৌ য়েংদুনা
তুমিন্‌ তুমিন্‌ লোৎতুনা
নুংশি কাইহৌ মিনোক্না
ঐবু লঙ্‌নগে থন্দুনা
লোৎলিববা নোক্না নোক্না
ঈন্নাং থাংবী বসন্তগী
ঙাংদ্রাম্নবা ফিজি হাইদোক্লুনা
নূম্না নঙ্‌বু ম্নাওবন্না য়েংজরি ।
অনৌবা ঈন্নাংদা তাউবিবী
নুংশি চৈথেং খঙ্‌দ্রিবী
শাবী শানৌ কয়ানা
থওইবিদ্রবা কাইদানা
ঐগী ইতৌ য়েংদুনা
ভোয়না ভোয়না পাওমেল্লি ।

থম্মোই লেপ্তুবী মগুংলাং
থম্মোই কায়না ক্লমদি
মাই শোকপিসু পামজদে
কায়ন-মৈচাক চুরংখি— পামজদে।

সুংশি চৈথেং খঙজত্রি
কায়ন মৈশা লাংজত্রি
মাই পামজদে শোকপিসু।

নুজা কবি থম্মোইনো
সুংশিবদা লৌনম্ তৌবদি
থম্মোই কায়না মমবি
সুংশি কবি পুকচেম্নো
থম্মোই শোক্লা শোনজরি— তাম্নখো।

হৈবাংগুম্ হৈশুং ভাবদি
লৈরাংগুম্ লৈচা শেৎপদি
থোৎনা লৌনম্ ভৌরম্মোই
চিক্লা হাৎলমগে খল্লম্মোই
চাক্লবা থম্মোই পুঙমদে
সুংশি নঙবু পাওথঙনগে
নুরা থম্মোই কন্থিঙে সুংশি ভোয়না পাওথঙনবনি—ঙ্গারৌসু॥

[ ৫ ]

নৌনা সুংশি খোঙদামিন্নঙে
অপাম্-সুংশি খোঙজান্দা
খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা
অপাম্-সুংশি ঙ্গাশক্লা— পাওয়েন্নরি।

হন্নক্ মপোকা কাঙনমুশি
মারমোন্ কয়া ওইমিনশি
মুংশি মাশক্ খারুশি
পলেম্ পন্থো ওনশি
পি-না সাকি ওইনশি
চরোং লাংনা পানশি
থরাই থরাই পিনশি
মুংশি পোম্থা ওইনশি ॥

পলেম্ পন্থো কয়ানা
পাইম-লিংজেন্ খাবনা
মুংশি খুরো ওইনঙৈ
কায়ন-মৈশা লাংগত্রা কিনঙৈ
শাবী-শানৌ পাওশিম্নবা তারুঙৈ
শাবী-শানৌ মুংশি পাওমেল্লক্ই।

য়াওদে য়াওদে মাহাক্তি
মুংশি মশক্ খঙ্দবীরি
মুংশিবদা লৌনম্ তৌবীনি
করিগী মাবু থিবনো— থিরুম্মু।
অপাম্মা মুংশি শাবিনে
ঐর্ধোয়' ইরক্ তিন্ঙমদে
মদোম্ মমায় পুঙমদে—থিরম্মু ॥

হৌথিবা রাঙাং নীংশিংঙি
কায়ন-মৈচাক্ হেন্নরি
থম্মোই খুদুম্ শুজরি
থম্মোইনা থম্মোই পাউদম্লি
হয়া অমুকা নীংশিংঙু— তারখো।

চোইজাইনবী নূরা'-শয়াং লম্হেন্‌বী
কাইদ-কোম্‌গোম্ খোম্‌গৎলুঙৈ
হন্দক্ মপোক্' থাদোক্‌চরোই
লম্‌লান্ খোইমু য়েংজরোই
নূরা থম্মোই পীজরি
মুংশি তোয়না পাওমেন্‌থি
নূরাগী রাঙাং নীংশিংঙৈ থম্মোই মৈবা চিংনরি—নীংশিংলথো ॥

[ ৬ ]

ওইনচাউবী কনানা
মুংশিবদা ওইনরুঙৈ হোনশা
মদোম্ থবক্ হুনবনা
তোয়ন-মুংশি পাওমেন্ন— কপ্পরি।

নকাদা করি লঙ্‌খিবা
করিমুংগী লৎনবিবিবা
মিৎলু ঈরা চেন্দুনা
থম্মোই মৈবা চিংলেবা
মুংশি নঙ্‌দি পেন্নবরা
থম্মোই শোক্না তেংথানবা
মঙারক্ কান্‌বী লমমুংশি
✓থংলেন্ ঐশু য়োরোন্না ॥

কনাগী কায়ন-তেংথানো তা
নূরা নঙ্‌বু ওইরম্‌দরা থন্
নাপ রাংনা থাজৎচৈ
মিৎলু লাইজ তৈথোক্‌চৈ
লৈনা হন্না ময়েংজৈ
চঙ্‌বিমু তান্থোক্‌পিরে ঐহাক্‌পু।

নুরা থম্মোই খঙ্দনা
মুংশিন্না হোনশা মুংশিন্নবা
ভুংগী খুদা য়েংহৌদবা
মুংশি খোঙ্হারুবা নহাক্তি— কপ্পিরম্মু ।
পলেম্না ফিজং খন্থরে
নুরা পুক্নচেল্ ওন্থরে
হন্না কাওবা য়েংলরোই ॥

ইচিক্ হুন্বা অহিংদা
নূরাগী চিন্বান্ চুপ্চনৈ
তম্বাক্তা চেৎনা পম্জনৈ
মুজা' ইকাই-খোঙ্গরুম্না
মুংশি কবি হায়খিগে— কাউরবোই ।
মুজাগী তাৎতৌ ব্লাহৈরা
মুংশি লৌনম্ তৌবরা
থংলেন্ নঙ্গী নখুত্তা
মুজা থম্মোই শিন্নবা
চেৎনা চান্না থম্বিয়ু
নৈপুন্ থয়োম্ ওইবিয়ু
মুজাগী ব্রাশক্ কাউবদি শানৌ কবি থম্মোইনো—কাউমল্লি ॥

[ ৭ ]

অপাম্-মুংশি খোঙ্থাংদা
খোংহারুবা মাহাক্থং
থম্মোই মৈবা চিংনবী
মুজা কয়ানা তত্তনা— ভেংথারিদো ।

থয়ুং লমী চুংপদা
মনাওবু খুৎশম্ পুনবা
অপাম্-সুংশি থুংদবনা
থম্মোই কায়বা কয়ানা
পাম্মুই সুংশি শোয়লম্
মঙারক্ কান্বী লম্দম্দা
থংলেন্ লাক্পা ঙাইজৌরা
সুংশি কয়া কুইরকনি।

হীক্লা হীক্লা তেংথাবসে
নূবাগী তেংথা ওইরবোই
মদোম্ থম্মোই কায়ববোই
নূরা ঙাইরম্খো হায়জরুই
নদোম্ চৎখিন্নু থাম্জরুই
মাঙ্দা কোইথৎ-থৎলরে।

যাওদে যাওদে লাকপিন্নু
অপাম্বা নুংশি শাখীদো
কায়ন-নঙ্গী নহাক্থং
কোলোয-সুংশি মঙারক্-কান্বী— মাঙ্থোক্পিন্নু।
মঙারক-কান্বী সুংশি তেংথানরবোই
পাম্মুই সুংশি শোয়বয়োই
অরা-তেংথা শৈশক্ থম্থ্রনি—শোক্পিন্নু॥

নীংবা কায়বা পুন্সিদি
হয়া হয়া য়েংদুনা
নীংশিং নীংশিং মোহোনা
খীংঙম্ খীংঙম্দা লেনবদি
অরা-তেংথানবা হোৎনানি— য়েংলম্খো।

চিক্লবা থাবল্‌গী ঈপোম্‌দা
ঐবু চেকেৎ কোম্লগ্রা
থংলেন্‌ নগুম্লাংগীনি
নুংসা ম্লাইবী থাগনি
পলেম্‌-পম্লো ওম্‌জনি
থাঙ্‌লোল্‌ ম্লিক্লা মাশকৃলি
থাজবা সাকি ওইহন্‌বা থম্মোই মৈগুম্‌ শাহন্‌গে—থম্মোই ॥

[ ৮ ]

মুজানা ওইনরুঙৈ শাওবনা
মুংশি মুংশি লৎনঙৈ
থংলেম্লা হল্লা য়েংদঙৈ
মিৎসম্লা লাইজ ঈহৌনা— পাউহংজবি।
শাবী শানৌ মাশকৃলম্‌
অকোন্‌ অহান্‌ ঙাইনলম্‌
তাইবং চেংজেল্‌ থম্লম্‌
থম্মোই শোক্লা তেংথালম্‌
মকোই মুংঙোল্‌ খোইয়রাংলম্‌
থুনিং কাংগাং লেপ্তুনা
থুবাক্‌ লাইথল্‌ শাত্নুনা
থংলেন্‌ লাক্‌পা ঙাইজোরা ॥
থম্মোই শোক্লা পাউহংলিবসে
মুরাগী খোঞ্জেল্‌ ওইরবোই নীংলুরে
কদোম্‌দৈ লাক্লিবা খোঞ্জেম্লো
করিগী হীক্লা তেংথাবনো
কয়াদা থম্মোই শোকথ্রবনো
কোইয়েং কোইয়েং য়েংজরুই।

অপায়ম্না মুংশি শায়িবী
মুংশি লৌনবী মাহাক্কী
কায়ন-ভেংথা নত্তেদা
নঙ্না মাবু থিবদো— থিরুম্মু।
মুংশি রাশক্ থয়থয়নি
কৈন্থ লৈভে থয়থয়নি
শাবী-শানৌ মুংশি-ভেংথানবয়োই ॥

তাও মুংশিবী তাও!
নুবা কৈদৌদবা শাদুনা
হন্না ফাওবা য়েংদনা
মুজা পুক্চেল্ হোংখিবা
কঙ্ঙাওননা য়েং ভেংথাজে— তারখো।

ঐবু চিংনা য়েংলগা
থাঙ্লেল্ খুত্তা পায়রগা
ননাওগী থম্মোই উৎচগে
থম্মোই ফিবাক্ থায়জগে
থংলেন্গী নমাঙ্ থাজগে
থাঙ্লেন্ চিক্না রাশক্পদি
ঐগী থম্মোই কায়হন্গে মুংশি-লৌনম্ তৌরম্মোই—
কারি পুকচেম্নো ॥

[ ৯ ]

থংলেন্ মানা লৎনবিরবী
মদোম্ থম্মোই কায়হোরবী
মুজা ওইবী কয়ানা
কপ্না কপ্না তত্তনা— হংনরিদো।

মুংশি হীক্লা তেংথা-পাৎ
থম্মোই কায়ন শোন্ন-পাৎ
পলেম্না কৌরি তান-পাৎ
খোঙ্‌হাম্‌পাত্তি থম্মুং-পাৎ
মনাওগী মিৎলু লাইজনা
পাৎকী লাইজ ঈহৌহন্‌
মুংশি তোয়না কৌতুনা
থংলেন্‌বু লাক্‌পা ঙাইজৌরা ॥

মাইথোং চেৎনা খুন্নগা
নীংশিং নীংশিং অহীক্লরিবা
থম্মোই শোক্‌পা খোঙ্গেল্‌সে
মুজানা থম্মোই কন্‌থিঙৈ
নীংঙম্‌দবা মৈশা লাংলক্‌ঙৈ
নূরাস্থ য়াওরিবোই য়েংজরি।

মুংশি লৌনম্মী মাহাক্তি
মুংশিবা মশক্‌ লৈথ্‌রোই
কায়ন-তেংথানবা য়াওথ্‌রোই
থম্মোই শেংনা মুংশি-রাশক্লবা লম্‌দম্‌নি—য়েংলরম্মু।
অপান্না মুংশি শানবা
থম্মোই য়াওদবী মরক্তা
য়াওরম্‌গনি মাহাক্তি য়েংলরম্মু।

নূরা করি পুক্‌চেম্নো
মুজা পুকচেল্‌ য়াংমল্লি
মুংশি রাশক্‌ কাউমল্লি
থম্মোই শোক্লা পাওথঙ্‌নরিবা
মিৎস্না তরং চেন্‌বসে— য়েংলম্‌খো

থম্মোই মুংশি মাল্‌হৌনঙৈ
মুংশি মুংশি চুপ্পঙৈ
লাংঙোল্‌ কন্না ওইমিন্নশি
মপোক্‌ খুদিং কাউনমুশি
চেজেং-চেংকপা কোন্নখিবা
নুরা' তোঙ্কনা শাওমেন্‌খিবা
পুন্‌সি মৈবু থারম্‌গে মপোন্‌ থম্মোই কেম্‌জহো—থম্নমোই ॥

[ ১০ ]

শানৌ-থংলেন্‌ থম্মোইদো
কবিনা পেন্‌গদগে থন্‌
পাম্মু-মুংশি মকাদা
তত্তনা অহীরুবা খোঙ্গেম্মা— হংনবিদো ।

তাইবং হম্বাননা য়েংনলম্‌
পলেম্‌গী ভেংথা তান-লম
পম্বৌনা কৌরি খঙ্‌নলম্‌
মিংশেল্‌ খোংদি শোক্‌নলম্‌
তাইবংদা হন্‌শি-হন্‌ঙম্‌দা
হন্না হন্না য়েংদুনা
থংলেন্‌ নঙ্‌বু লাক্লবগা
পাম্মু নঙ্‌বু ভাইজোরা ॥

উনা উনা তাম্‌খিঙৈ
মুজা নপাউ তাদঙৈ
মাথোয়গুম্‌ থম্মোই মৈবা-চিং
শম্লাং চোইনা ফা
মুংশি হীরা ভেংথাল
মুজাগী মাওথ্‌বোই য়েংজরি ।

থম্মোই পান্নদম্‌

মুংশি চাউবী হায়নবী
মুজা থম্মোই য়াওদবী
মুংশিবনু নাপীগুম্ খল্লবী
কান্দুনা চৎপা গুম্বীনি— খল্লু
লোনম্বী মাপী মাহাকুথং
পান্থু মুংশি শৈশক্লরোই
অশেংবা মুংশিবা লৈথ্রোই ॥

খল্লু খল্লু' নীংঙম্দে
থম্মোই শোক্না শোঙ্গবি
থম্মোই খুত্নুম্ শুজরি
নুবা থম্মোইবু য়াবৌজে
মুজা পুকচেল্ কন্মল্লি— ফজমন্দে।
লংশুং থৎকুম্ থৎখিঙে
নুবানা হন্না য়েংদঙে
হায়নিংবা য়ারোল্ হায়হন্দ
ফম্বংনবা মৈচাক্ ফোংহন্দ
য়ারে হায়বা মতাগুম্
নেৎশিন্ নেৎশিন থনম্বা
ওন্থোক্ইদা মুংশিবী। কবি থম্মোই কৌবগে—হাক্মল্লি ॥

[ ১১ ]

ইঙেন্ নোংনা নোংহৌগুম্
মিৎলু ঈরা হৌ
থংলেন্ ফিগৈ শেংবিয়ু

মুংশি হীক্না পাউহংবা— পেল্লবোই।

থোঙ্ঙাক্ লম্দম্ অশিথেল্

লাইজ ঈথোদি লাং

মদোম্ থক্তি-থক্ঙম্দ

থরুং মাপান্ কন্ন-শু

কপ্প-লাউনবিবা শারাশিংতুবু

মুংশি খুংবা শীনবিনু

লাইজ কন্দুনা পীথরুগা

থংলেন্ লাক্পা ঙাইজোরা॥

পলেম্ চৈথেংসু কি

কায়ন-মৈচাক্সু লোন্না খাঙ্

নূরা থৌনা থোক্ঙম্দ

মুংশি মুংশি কাউশিন্ন

থম্মোই কায়নদি ওম্চারু

রানা খাঙ্লিবোই য়েংজরি।

পলেম্' লৌওন্ন থেম্দোক্পা

মুজানা ফৌরোই ইন্থিঙৈ

থম্মোই পান্দবৈ হৌনশা

মুংশি-মুংশিনা নীংহন্নথরে— য়েংলরসু।

মুংশি-মুংশি' মুংশিদ শাথরে

থম্মোইদা থম্মোই ফুম্থরে

হন্না ফাওবা য়েংলরোই॥

পলেম্না থেম্দোক্পা য়ারগা

মুংশিববু নাকোই থম্বদি

কৈদোদবা শানা লৈবদি

নূরা থম্মোই য়াংমল্লি

ওম্চারুবা থম্মোই পাউদমখিগে— তায়খো।

মূন্নাজ্জা মুংশি নীংহন্নথিঙৈ
কৈদৌদবা শা নোক্ল-নোক্লা লৈখিঙৈ
মুংশিবী নঙ্গী নহাক্থং
লোম্ন-তাম্না চিংনা য়েং
কায়রবা থম্মোই ঙ্গৌরি
থম্মোই ফিরাক্ কায়নরি
নশুংলাংগীনি খঙ্লিরোই নোক্লা নোক্লা পেম্নোকো—
পাওথঙনজেগ ॥

[ ১২ ]

হন্ন-হন্না হায়জৈ তাবিদ
মদোম্ থম্মোই কায়জরক্
পুন্সি লোম্গে থল্লবোই
থংলেন্ চিংনা য়েং— তেংথারক্লে।
কুম্লাং চুপ্পা কপ্লিবী
থংলেন্ ঙাইনা শাৎচবী
লৈরাং কোম্বীরৈ শাইওন্-লৌ
কুম্গী লাক্য়েন্ লাক্পদা
খুবাক্ লাইথল্ য়েংদুনা
থম্মুং হৈনা ইল্লক্পরা
মুংশি নঙ্বু ঙাইজোরা
থংলেন্ কয়া কুইরক্কনি ॥

অহীক্লবা খোঞ্জেল্ তারগা
নূরা ওইবী নহাক্সু
মুংশি লৌনম্মুবৈ হৌনশা
'পান্দা নোক্লদি লেন্
থম্মোইদি মৈবা চিং
লোম্না তেংথারিবোই য়েংজরি।

ৱাশক্ চেৎপী হৌনশা
পুন্‌সি লাংঙোল্ হোংলগা
মুংশি থুংব্রা য়েংগে-খন্
থম্মোই কায়না পাওমেল্লম্বনি— তারবমু
নুরা মাদি তেংথাদে
মুংশি মশাক্ খঙ্‌খিদে
কায়ন-থম্মোই নাচুংদে ॥

তাও ওইনচাউবী মুংশিবী
মুংশি থোঙ্গাল্ চঙ্‌লমদাই
মুংশি তোয়না হায়খি'দাই
কবি থম্মোই কৌবগে
অসি ওইবেকো পাম্মুবী— হাক্‌মল্লি

নুজা' চেংলৌ উরুগৈ
মুংশি নৌনা খোঙ্‌দাগৈ
তুংদা পুক্‌চেল্ হোংলগা
হন্না য়েংঙোইদবা লৈরগা
করিগী লৌনম্ তৌবনো
মুংশি করিগী কাইহৌবনো
চিরা লৌনম তৌবদি কায়ন-মৈরম লৌবম্বোই— হেন্‌মল্লি ॥

[ ১৩ ]

নুরাগী তেংথা তাঙমদ্রবোই
কুইনা শাউবা ঙমন্ত্রবোই
লৈনা হন্না য়েংলগা
নোক্‌মি নোক্‌মি তৌরুবা— নৌহৌনরক্লে ।

থংলেন্ করিগী লৎনরি
চেক্তৎ চেৎনা কোম্নরি
নিংশা মপী হোম্নরি
নৌনা পিরাং শিম্নরি
খজাই লেংডোন্ চূপ্নরি
থোইনা হেজো নৌহৌনরি
মাহৈ মজেক্ ওইনরি
মুংশি মুংশি পাওমেন্নরি।

শানৌ ইমান্নবা কনাদা
নৌনা অমুক রাশল্লা
নুরা থম্মোই পীখ্রবরা
ঐবু পুম্কাউ— কাউরবরা
খম্বন্ মৈশা লাংবনা
মুজাবু য়াওবরা য়েংজরি।

মুজাগী থম্মোই খঙ্দনা
নদোম্ হল্লা মুংশিডৈ
নুরা মাগী মাহাক্থং
থম্মোই মচেৎ তারবম্ল— থিররম্মু।
মনা চেৎনা মেন্খরে
হন্না ফাওবা য়েংদরে
নঙ্গী নপাউ তাবিরম্মোই।

মুজা থম্মোই কন্মল্লি
করিগী অদুক্ থোঙ্গবনো
মুংশি করি পুক্চেল্লো
খুবাক্ খুল্লমদা মওইবা
তাইবং পুন্সিনি কাউরবোই— থোঙ্গমল্লি।

কন্না' খঙ্ জগে লোৎলিবোই
কাউশিন্নবনা অকন্ শক্লিবোই
মীনুংশি কন্নি য়াওদনা
করেম্ মীনোক্ হাইফেৎনা
লংশুং থৎকুম্ খৎপাদি
থম্মোই মশুং ভাহন্বদি
তুংদা নীংঙম্লোই খন্দবোই হন্না অমুক্তদি য়েংলমখো—
কাউমল্লি ॥

[ ১৪ ]

লাংনা পাদম্ ঙাইনরন্বা
অপাম্ মুংশিনা লৈপুন্নঙৈ
থম্মোই শিন্নবা উবক্তঙৈ
কুম্ওন্ পুবী বসন্তসে— নোক্চরিদো।
লম্হেন্বী কোন্ নীংশিংলবে
কদেংগী থম্মোই লীররে
শকুন্তলাগী মপাউ তন্নরে
মালংদা পাউজেল্ থাখরে
থাদা মুংশি পাউমেন্খরে
শাবী শানোদা থুংখরে
থম্মোইদা বাঁশী খোংলবে
মুংশি পাউথাং য়ৈররে ॥

মুংশি পাউথাং য়ৈরিবা
বসন্তগী পাউজেল্ তারগা
নুন্না নঙ্সু য়াওররবোই
বসন্তগী ফিজি পান্নররবোই
লৈপুন্ খয়োম্ পুন্খ্রবোই
নুজা নঙবু য়াওবরা য়েংজরি।
থম্মোই' পাউদম্

থম্মোই পীওঁদি পীথোক্পা
মীগী থম্মোই ওৎকন্বী
মুংশি থঙ্দবী মাহাকী
থম্মোই পাউথাংদি য়ৈজদে— লাকনু।
কনানা মাবু শোন্নরোই
মুংশি লৈরেংদা শরুরোই
লৈলা — খোইবীগুম্ হায়নরোই ॥

মুজানা পীরম্বা থম্মোইদো
থম্মোইদা মিরেল্ লৈহৌরি
করিগী লোম্না ফক্তোক্লি
কনাদা শিন্নগে খল্লিবোই
নুরা মুংশি হৈমন্দে— হাক্মল্লি।

থম্মোইদা তাশোল্ থিংজিনগুম্
খজিক্ খজিক্ মুরুকুম্
তুবোই ঙামলোই খাঙ্লিবা
নুরা' নোক্লা য়েংলিবা
শানৌ কল্লক্ পেন্নবোই
মুংশিবদা লমন্ খুম্লিবোই
কল্লক্ পেন্নগে খল্লম্বোই পেন্নবোকো মুংশিবী— পেন্নরো ॥

[ ১৫ ]

ইরাং থাংবী বসন্ত
মুংশি চাউবী বসন্ত
হরাও মোমোন্ নোক্তুনা
মুংশি পাউথাং য়ৈরিদো— তাও !

কুম্‌গী লৈরাং শাৎললয়ো
খোইমু মোইথেম্‌ শৈদাম্নরয়ো
লৈকা লৈকা ত্তোংলবো
লৈহি পেম্না চুপ্লয়ো
লৈরাং জগোয় শাররো
থম্মোই থম্মোই য়াকাইরো
মুংশিবী নঙ্‌গু খোবক্লো
পাম্মুবা নঙ্‌সু য়াওরয়ো ॥

মেঙ্‌লবা বসন্ত' ঈপোম্‌দা
নবা' থম্মোইসু য়াওন্‌বোই
কাইদ-তপ্পা চঙ্‌শিনজৈ
কোয়ন-হন্না ময়েংজৈ
কায়নবা নঙ্‌দি চঙ্‌বিসু
ইগোক্‌পিরে ঐহাক্‌পু।

থংলেন্‌ খোইমু উজৈ
শাবী লৈরাং হবাওজবা
মুংশি জগোয় লেপখ্রনি
খোইমু শৈদাম্নবা তোক্‌খ্রনি— লাকসু।
নঙ্‌গী তেংথা য়াওখ্রনি
পাম্মুই মুংশি শোম্নরম্নি
মিৎলু লাইজ ঈহৌনবনি ॥

মুজা কায়ন' নশুংলাং
ওল্লু' যেংঙু খুদিংদা
নুরা' নীংশিং অহীরুবিবা
মুংশি হম্থামনা থল্লগা
অমুক্তদি হায়রম্‌খোনে মুংশিবী— হায়রম্‌খো ॥

কনানা খঙ্‌জগে মতাগুম্‌
রানিংঙগা য়াজো মতাগুম্‌
হন্না ফাওবা য়েংদবা
ভিল্লাং থানা শিৎলিবা
খঙ্‌দে উদে লৌনবা
থম্মোই মৈখা চিংহনবা
✓নুংশিগী অবোইবা খুদোলবু কায়ন-মৈচাক অসিবা—তাক্লম্মু ॥

[ ১৬ ]

পাউজেল্‌ হৈববা মালংবা
নুংশি পাউজেল্‌ পুন্না
থম্মোই থম্মোই য়াকাইহল্লবে
বসন্তগী থোগল্‌ তৌরবে—হুম্নরেদো ।
কাইদ কাইদ শিৎলবে
নোক্‌মি নোক্‌মি তৌববে
লৈবাং' শাইনোন নাল্লবে
লৈকা-লৈকাদা থেংলরে
চিক্লা লোন্না হায়ববে
চিবোন্‌ চিবোন্‌ তৌববে
নুবাগী নপাউস্না য়াওববা
তবাম্‌ তবাম্‌ ওক্‌চন্নি ॥
নুজা নঙ্‌গী নপাউস্না
চিক্লা লোন্না তুমিন্না
কনা তাখিদগে মতাগুম্‌
নাশোল্‌ পিক্লা তল্লিবোই
কাইদ-তুমিন্‌ হায়রিবোই
লোন্না তুমিন্‌ তাজরি ।

মদোম্ থম্মোই মীনম্বী
নুন্না মাগী মপাউদি
পুন্নক্তে হায়ন্নক্তে চেন্নক্তে
নপাউ পুবন্নু ঙম্জদে— পুজরোই।
নুন্না রাখল্ খেন্মল্লি
মুংশি রাশক্ কাউমল্লি
ঙম্জরোই য়াওজরোই পুজরোই॥

মুংশি রাশক্ তুংওইনা
নুবানা হন্না যেংদঙৈ
থম্মোই মৈবা চিংনঙৈ
মুংশি-লৎনবিরবা থম্মোইনা
চিন্ন-তুমিন তেংথাবি— তান্নিবোইদো

হন্দক্ মপোক্' ওইরবোই
থম্মোই' মৈচাক্ উবিরোই
খঙ্বিবা কনা লৈভরে
থম্মোইদা লোন্না মাঙ্খবে
কাউরগে খল্লি কাউঙম্দে
ভক্তনা শিন্থবা পিরাংসে
মুজাই নথক্তা তাসন্নু মুংশি থুংবা শক্চগে— ন্নাবোন্নু॥

[ ১৭ ]

কোন্নৌ চীংয়া থাংলক্পা
মুমিদাংন্নাই চন্নৈ হোংখন্নে
থংলেন্ থৌগন্ ফংখন্নে
হন্নাও মোমোন্ নোক্চন্নে— পাউদম্জরি।

ম্নুংশিগী কিজি নল্লরে
পান্মুই ম্নুংশি কাইছোররে
শন্মুল্ চোইনা হিক্থরে
খেৎথিবা মাচোম্ তাখরে
থংলেন্ ঙাইবা থ্রাখরে
লাকদরা লাকদবা লাক্পিদে
ননাওগী শগ্ন্যাং পুন্‌বিরো
ম্নুংশি চেৎনা কোন্‌বিয়ু॥

ম্নুংশি নোনা কে-নডৈ
নুরাগী চরৈ হীক্থডৈ
নূরানা ইকাই-হরাও মাইথোং খুম্
তন্‌জখরে নহাক্‌সে চরৈ চেৎনা শেৎপিয়ু
শগ্লাং ইচাই-চাইখরে ইকাইজখরে কৈদা'ম্‌নি
হায়খিবা নীংশিং য়েংজরুই।

হে কায়ন-মৈশা লাংলবা
মুজা মতৌ নীংশিংলক্
ঙাংখিবা রাঙাং নীংশিংলক্
অহোয়-অহোয়না চাল্লনি— য়েংলরনু।
শক্‌হেন্‌বী মাদি লিন্দাউবীনি
অওন্ অওন্ চাবীনি
কান্নররোই-ওইররোই খল্লুনু॥

নুরানা হন্নদি য়েংদডৈ
নীংশিং নীংশিং ওম্‌চাক্লা
মুজাবু তান্না য়েংজবা কায়ন-লৈচিন্না থনখরে
ম্নুংশি নঙ্‌দি খঙ্‌লিরোই— খঙ্‌মন্দেদা।

থম্মোই ভিল্লাং অহা-নবৰী
মমুন্ ক্বায়ৰী হৈরাংগুল্লৰী
খজাই মাপোম্দা লম্হেল্লক্পা
অচোইবা শয়াং য়েপখৎহন্বা
ফজবী থাবোম্দা হিক্থরক্লবা
অকোঙ্বা চরৈ শেম্হন্বিবা
নীংশিং নীংশিং নৌহৌনদুন্ থম্মোইদা তাশোল্ ওইহন্গে—
খন্থিবোই ॥

[ ১৮ ]

শীঙেল লৈকা-লৈকাদা
মুংশিনা তোংলম্বা খোইমুসে
তাম্না পাইবগে খল্লবোই
লৈহি চুপ্পা লেপখরে— পাইদোবে।
শীঙেল্ লৈবাং মুংশিবোই
অমুক্ হন্না উববোই
থাম্মোই মৈগুম্ শাববোই
কবি মুংগীনো খল্লবোই
কবম থাদোক্লি কাইদানা
থংলেন্ চিংনা য়েংদুনা
মিৎলু লাইজ ইহোনা
পেহৌ পেহৌ থাংলক্লে ॥
কনা তাখিদগে খন
নুবা থবক্-য়ৈন হুন
লৈহৌবগে চৎলো হায়’স্ত হায়গুমদ
কোম্খিবা চরৈ তাশিন-লোইশিন
ইকাই-মুংশি যেংখিবোই খন
চেৎনা কোন্গে তৌজকই— মাঙ্খরে।

হে থম্মোই কাপ্পবা অঙাউবা
নুরা কায়ন মগুংলাং
মদোম্ থম্মোই মল্লবা
লৈবাং খোইমু য়েংলম্নু— ঙাওচৎনখবো।
নঙ্গীদি কায়ন-মৈথৌ হেল্লনি
পুকচেল্ লেপ্পবী মাহাক্নি
লোক্না লোক্না চৎখিনি॥

মমুন্ ফাববা হৈবাংদা
মন্নুং তীলবু চঙ্বগুম্
থংঙোই উয়োই মতাগুম্
শক্না থম্মোই খুমচুনা
নুংশি লোনম্ তৌবদি— হাক্মল্লি।

কঙঙাওনবা ইতৌ য়েংলিবোই
নুবা থম্মোই পেম্নবোই
তৌতুম্ তোগে কায়দানি
খুবাক্ য়াম্না চৈবদি
নুবা পুকচেল্ কন্মন্নি
নুংশি থম্মোই লৈ-মল্লি
নুবা থম্মোইনদি তাবিদে থম্মোই শোক্না পাওথংনবি
—য়ারোম্নু॥

[ ১৯ ]

য়াদবা মতাং থোক্খিঙৈ
খোইমুনা তাম্না পাইরম্দাই
থংলেন্গী খুদাং পায়
নুংশি চিংনা য়েং— পাওমেল্লকলে।

মালং ফোৱোই ইন্‌ব-শা
অমুক্তদি চুপ্লম্‌খো মতাগুম্‌
লৈরাং ফাঈদ-নোম্‌-নোম্‌ হাই
ঙসি নোংগীদি শাইবিমু
হয়েং ঙম্না লাক্‌পিমু
থংলেন্‌ মিংশান্‌ চোইবিমু
লৈরাং লম্‌লান্‌ পাংবিমু
পাম্মুই মুংশি পাওমেন্নবিদো।

অহিং লৈনদি থেঙ্‌জিল্লক্‌
পলেম্‌ পন্থৌ খঙ্‌লনি
মালংনা কায়নবো পাওমেল্লক্‌
শানৌ অমুক্তা চুপ্‌লম্‌খো
নুরা-মোমোন্‌ ঙাইরিবোই খন্‌
খজাই-লেঙেঙান্‌ চুপ্‌চগে তৌজরুই
—মাঙ্‌খরে।

নুজা লৈরাং শাগৈসে
থম্মোই পান্দবোই খন্‌থ্রনি
কঙঙাওনবা নত্তৌ উরগা
থংলেন্‌সু থম্মোই রাখ্রনি— কপ্পিরসু।
থম্মোই খঙ্‌দনা মুংশিরুবদি
নদোম্‌ থম্মোই কায়বদি
কনানা শরুক্‌ য়াবিনি

মুংশি কাইহৌরম্‌দাইদি কাইহৌবা
নূরানা কান্দুনা চৎথ্রগা
থম্মোই কায়হৌনি য়েংবিত্রবা
উনা উনা কাউশিন্না
মুজা নহাক্‌থং কঙঙাওনহন্‌বা— ফজমন্দে।

থম্মোই মৈবা চিংহনুগে

কায়ন-মৈরম্ লৌনগে

মুংশি চেৎনা কোল্লম্বোই

খজাই লেংঙোন্ চুপ্ হনবোই

নুগ্না থম্মোই পীরম্বোই

মুংশিদ' বংশি শারম্বোই

অহীরুবা থম্মোইনা নুগ্না' ভোম্নন-পাওখং তেংথারিদো

—তারখো ॥

[ ২০ ]

কাইদ-তপ্না য়েল্লরেদো

পাথং থম্মোই হুনরৈ

নুগ্না শাইনোন্ মুংশিরৈ

চিনি-চম্পা লৈনম্সে— হুম্নরেদো ।

খোইমুনা লৈকা হাইদোক্তে

লৈবাং লৈয়োন্ তম্নক্তে

মুংশি লৈহি নিরক্তে

ইকাই-মুংশি য়াম্নতে

ঙাইহাক্ লৎনবম্ভু ঙম্দতে

মাইথোং লৈ-না খাঙজতে

শীঙেল্ লৈহি পীনতে

লৈনম্ ফোং-ফোং কায়রবোই ॥

নুবাগী শাইনোন্ লম্হেন্বী

কাইদ কাংগাং খোম্গৎলুতে

নাপদগী লৈনম্ কায়রিবোই

নাশোল পিক্লা হায়জরুই

নুবাগী থম্মোই পীবদি

মৌগী শিংদা চল্লেদো— লৈরম্দরে ।

থাংগুথকী খোইমু কিবনা

লৈরাং কোক্লোন্ শাংচবা

তোমম্ কোচি থাংবীনি

তোয়না তোয়না পাউথংনবদাই— নম্থিরম্ন।

থম্মোই শিন্নউদি থলুহৌদা

লৈরাংবা খোইরংনউ তেংথাহৌবা

য়েংজনিংদে পাম্জদে য়েংথিরম্ন ॥

চোইজাইনবা শন্নাং কাইদ-নান্

খজাই লেংঙোন্ তোয়ন-চুপ্

নূরাবু ফম্বে চেৎন-পম্

শীঙেল্ করি লৈনমনো

মুজাগী নাপদা নম্থিবদো— কাউরবোই

নীংশিং নীংশিং কপ্হন্‌গে খন্

ইকাই-মুংশি মোমোন্ নোক্

শানৌ নহাক্থং শাৎপনি

থম্মোই' লৈরাং লৈনম্নি

থংলেন্ নকাদা তম্জরি

কাউদ-খুদোল্ ওইজরি

হৌজিক্না কৈদৌদব-শা তিল্লাং খান-শিৎপদি— হাক্মন্নি ॥

[ ২১ ]

কোরৌ চুপ্পা চাক্তারুরবী

থংলেন্‌গী ফৌরোই ইন্

পাম্বুগী শাখপ্ তম্

পূংবা পূংবা চেক্লাশিং— হন্নরক্লে।

কায়দোং চান্না য়েংলরে

পামেল্ ফম্বে তোংলরে

অল্লা' পোম্খা লাংনররে

মতু-মমান্ খিঙ্লরে

চেক্লা মঙক্ চোয়-নররে

পোম্বী মখৌ পোঙ্নররে

পান্মুই মুংশি কে-নররে

মুংশি মুংশি-চিল্লোক্ররে ॥

থম্মোই থম্মোই তিন্নরসনু

চেৎনা তম্পাক্ত কোন্জগে

থোইরম্মা পাখোং চল্লক্পা

থোইনা চেৎনা কোন্দুনা

থম্মোই' পাখোং ফোংজগে

নৃরাবু চেৎনা কোঞ্জরুই— মাঙ্থবে।

লাইজ কোঙ্গোন্গুম্' পুন্সিদা

মুংশিবদা করেম্নবী মাহাক্থং

নদোম্ থম্মোই কায়বগা

নীংশিং-নীংশিং করিনুং' কপ্লিবা— কপ্পুরনু।

থম্মোই নৈরাং কম্লক্কগে

পুন্সি হন্থাননা য়েংলক্কগে

মাস্থ থম্মোই কায়রখিনি— কপ্পনু ॥

তাইবং পুন্শিগী হৌনশা

তুংগী পুন্সি থনঙমন্দ্রবা

হৌখিবা পুন্সিগী তেংথানরবা

চান্নবা ঐগী থম্মোইনা

মুংশি-হীরু পাউদম্ তারিবোই— তারখো।

চেক্লেৎ চেৎনা কোল্লগা
খোইরুম্না থম্মোই লৌখিবা
নীংশিং নীংশিং কপ্‌হন্‌গে
থল্ল-থল্ল ওম্‌চাক্লহন্‌গে
হঞ্জিন্‌ হঞ্জিন্‌ মৈচুগে
পুন্‌সি-মৈথা চিংহন্‌গে— থল্লম্বোই
নীংশিং নীংশিং তেংথাবা নূঙ্গা নঙ্‌দি নোক্লিবোই—পেম্মরো ॥

[ ২২ ]

মুংশি লম্‌লাম্মখিনি কিবনা
খোইমুনা কাইহোরকাও' শাত্তবী
থাজনা নোংপোক ঙাল্লকৈঁ
ওইন-চাউবী থাবম্লে—শাৎলরেদো।
খোইমুগী মোইথেম্‌ তাজদে
মালংগী ঈথিল্‌ য়াজদে
লম্‌লান্‌ থংলেন য়েংজদে
পাম্মু নকাদা মীনম্‌দে
ওইন-চাউবীনি হায়বিমু
থম্বন্‌ মৈবা চিংবিমু
থংলেন্‌ নঙ্‌গী নহাক্‌থং
মুংশি ঙাইনা শাৎপিনি ॥
ননাওগী লৈজবা থাক্তনা
নকাদা লোইনা শিম্নরে
পুন্‌সি লৈপুন ওইবিয়ু
থম্মোইনা সাক্ষি ত্তইবিয়ু
নূঙ্গা শক্তম্‌ মঙ্‌ওইনরকৈঁ
মুংশিমনবনা খুমফম্‌-খংদ কোঞ্জরি
— মাঙ্‌থরে।

মূন্না মাবু মুংশিবদা

নদোম্ মুংশিমন্‌বগী হৌনশা

থম্মোই কঙঙাওনরবা নহাক্তি

নীংশিং নীংশিং কপ্পুন্নো— য়েংজনিংদে।

শকহেনবা [illegible] মাহাক্কি

[illegible] মুংশি [illegible]নি

[illegible]-খঙ্‌না মুংশিরুবদি রাজন্নো॥

পাম্মু মুংশি পুম্নমক্

মালেমদা লোইনা তিন্নবি

খঙ্-খঙ্‌না খাঙঙমদ্রবা থম্মোইনি

নীংশা [illegible] হোল্

তাম্না চিংনা য়েংলিবসি— উন্নবোই।

মুংশিদ-মুংশি শা

খল্ল-খল্ল ঙাওহন্নগে খন্

খোয়ুম মাগী নোংদম খোল্

মুংশি থয়োম্ লাক্করে

থম্মোইদা থম্মোই হাপ্পরে

মুংশি করি' চিংনবগে

নূন্নানা পাঙমেন্‌খিবা কাউরবোই থম্মোই শোক্ক। পাউথংনরি—

রান্নৌম্মু॥

[ ২৩ ]

মেঙ্‌না ইচিক্ হুন্‌খরে

মুংশি কায়নবা কন্নাগী

থম্মোই শোক্কা ন্নাকৎফম্

বসন্তে ইচিন্নবা থাজসে— খোক্লন্নেদো॥

খোইমুনা লৈরাং লৈপান্নবগুম্
থবা কৌবী মুংশিরোই
খুৎলাম্ তোয়না কৌশিল্লে
চরৈ ঝিজি নম্‌শিল্লে
মুংশি পেন্না চুপ্নক্লে
ইকাই মাইথোং লৈ-না খাংখরে
নোক্‌মি নোকমি নৌহৌনখরে
মুক্তাগী শম্‌জিরৈ কেন্‌খরে ॥

থাবল্‌গী ঈপোম্ মরক্তা
লোন্না ঐবু ঙাইবদি
জবাকুশুম্ মরক্তা লোৎপদি
কল্লক্ চাউবা থাজনি
মুক্তাগী ফজবা উথ্রনি
চেৎনা লোইশিল্লু কল্লক্‌থিনি
মুংশিবী মানা কাওথোক্‌তে
কণ্ডাওনরবা নহাক্কী
কায়ন-নতৌ য়েংঙম্‌দে
থাবল্‌গী ঈপোম্ থক্লমনু— হন্‌থরো।
মুংশি খঙ্‌দবী মাহাক্তি
থাবল্‌গী ঈপোম্ মীহৌররোই
কায়ন-পাউদম্ তাবিররোই ॥

নূরা’ চিন্‌বান্ চুপ্লুতে
শোক্‌পিস্নু পাম্‌জদে ওইনতে
নূরা’ মীচংদা ওইজবী
লৈপন্-মন্না জবাকুশুম্
নূরা’ ইকাইবা থাঙ্‌লকম্— কাউররোই।

অঙাংবা জবাকুসুম হেক্তুনা
নোক্নমি-নোকমি লঙ্গ্ন-লঙ্গ্না
কাইদ ইমায়দা নান্বিবা
লোইনাইদ'-সুংশি ব্রায়ীনথিবা
থোইনা নোঙ্মৈনহন্নগে থক্লম্বোই
অসি ওইরে সুংশি-পোলোই
অমুক শাংথ্রবা লৈরাংদো হন্না অমুক শাংলম্বোই—থক্রবোই ॥

[ ২৪ ]

থাজনা ঈচিক্ হুল্লকৈঙে
চেক্লা' মিকপ্ কায়হন্বা
নোংঙাল্লম্দাই তাবী মালংবা
কাইদ তপ্না লাক্রেদো— হুয়রে।

অহিং মমৈ ওইশিন্থরে
শিঙ্গাবৈ কৌথী লৈরাংসে
চরৈ লোইশিন্বা ঙম্হৌদরে
শয়াং পুন্শিন্বা নংহৌদরে
মালংবা লৈনম্ পুথরে
থাবল্গী ঈপোম্না চুথরে
চোইনা চোইনা কেন্থরে
লৈরাংগী পুন্সি লোম্থরে ॥

নুংনানা সুংশি য়াওন্মিন্নৈঙে
চরৈ লোইশিন্বা ঙম্দবৈঙে
কোম্থিবা শয়াং পুন্নঙম্দা
নুংনানা তহা-তহাক্না উবদা
সুজাগী ফজবা পুন্ন্রনি
চরৈ লোইশিন্থো হায়জবা—লৈরম্দরে।

থম্মোই শিন্নবে হৌনশ্না
চরৈ কোম্‌গোম্ হীকৃথঙে
শম্মুল্ থোক্লা চোইজাইঙে
পুনবিরমথো মতাগুম্ ওইনঙৈ
ইখুৎনা মুরাই-শন্নাং পুন্‌থিবা— কাউরবোই।

নোকৃমি নোকৃমি· ওইনখিবগি
মুজাগী শন্নাং পুনহন্‌থিবদি
শিজাবৈ মতৌ ওইনগে
মুংশি পুন্‌সি থম্নগে
তুংদা নীংশিং নৌহৌনহনগে
থল্ল-থল্ল ঙাওহন্‌গে
মুজা' থম্মোইদা থল্লম্বোই করি থম্মোইনো পাওথংনগে
—হাকৃমল্লি॥

[ ২৫ ]

হায়ন-তাম্ম ইন্দ্রবী
লম্‌দা মুংশিৎ অঙাওবা
থঙদবা পাউজেল্ পুদুনা
রা-রা রা খোম্থাং য়ৈদুনা— শিৎলরেদো।

থিক্‌লোই থোবোম্ তুঙৌবী
সাবন্ ঈপোম্ হোররে
চীংমায় উরাং-উহাইখোল্
চীংমুং বাঁশী খোংলরে
নুরাগী শাইনোন্দা হুয়রে
শকৃহেন্‌বী' ফিজি চিংলরে
ইকাইজৈ ইকাইজৈ লোইশিন্নরে
অউবা থম্মোই ঙাওহল্লরে॥

তাশিন্ লোইশিন্ গুমহোৎত্রবা
নুরাগী ফিজিন্ন হুন্নরবোই
নুরাগী ফজবা উখ্রগা কন্নক্থ্রনি
খম্বন্ চাউবা ঐগী থম্মোই কান্নহৌবনি
সে—মুংশিবী উখ্রনি
নুরাগী চরৈ শেম্জিন্গে—মাঙখ্রদো।

নুরাগী মিচং কন্‌বনা
থম্মোইবু থম্মোইনা মীনমলম্
মুংশিবীনা কান্দুনা চৎথিঙৈ
ওন্-থোইনা খাংহৌবা নহাকৃতি— য়েংলরমু।
নঙ্না ফনা য়েংজনি উবিরোই
নঙ্না ফনা কৌজনি তাবিরোই
নৃংগুম্ কন্থরে মাগী থম্মোই॥

অপাম্-মুংশি মায়োক্নবৈ হৌনশা
চোক্থ-হুইথ-লেঙ্গুমদ্
নীংশা ফুইনদি হোল্
থোইনা চেৎনা কোল্লগা
মুংশি-পম্বুং য়োনশি পাওমেন্নথিবা— কাউরবোই
চরৈ লোইশিন্গেদি হায়দনা
নুরাগী চোইজাইনবা শন্নাংলক্তগী
মায়থোং চেপ্লপ্ য়েং
থোইরুম্-ইকাই মায়খুম্ন
পায়বিমু শোক্পিমু শাওশিন্ন
ভল্লি মুংশিদে নোমোন্ন
মুজা তোয়না ওইনথিবদি কায়ন-মৈরম্ লোন্দম্বোই— হাক্মল্লি॥

অরিবা কুম্মা চৎলম্দাই
হোৎরে নীংশিং শোম্নরম্দাই
অনৌবা কুম্মা শিন্নরদাই
কুম্মাক্ লম্দাই শজিবু— য়োম্নক্রে।

অরিবা কুম্দি কুম্নংশি
নাম্নাগী চহি হাল্লগে
শানৌগী ফজবা পুখ্রগে
মোৎলবা থম্মোইস্থ পুখ্রগে
মীনম্-শোরি পাম্নখ্রগে
নম্বো নম্বো য়োম্নগে
হোৎরে হোৎরে মতম্সে
লোইনাইদ-খোঙচৎ পাংথরে॥

নুবাগী ফজবা পুখ্রবোই
নুজাগী শক্তম্ হোংখ্রবোই
নুরা নঙবু য়াওবরা
মতুংদা কাইদ ইন্নবা
নুজা নঙদি কৈদনো
উবা ফংবা মরৈতে।

নুজাগী শক্তম্ হোংলকপা
পুন্সি লৈমন্ চল্লকপা
মদোম্ খঙবা নত্তেদো
কুম্নাং ঐদনা খঙবনি— কম্নক্রে।

সুংশি সুংশিনা কাউখ্রনি
থম্মোইদা থম্মোই লোৎখ্রনি
নীংতম্ নীংতম্দনা লোইখ্রনি॥

"অশ্বাম্ সুংশিদি থুংনজ্রিড়ৈ
কৈয়োমুংদা থুংগবা থাব্রকচৈ
অপাম্ সুংশিনদি খোঙ্ হাজিল্লক্
সুংশি খোইনম্ হেপ্লিল্লকু
নুরা মিৎস্না ঈরা হো— পাওমেশ্বিবদাই।

অকোন্ অহান্ তম্ঙম্লবা
পুন্শি খোঙ্ চৎ লোইরক্পা
থংলেন্না করিগুম্বা হান
ননাও ঐম্ ইপ্পগে
ননাওনা করিগুম্বা হান্ন'মু
সুংশি-তুংবু ইন্বিবু পাওমেন্বা
সুংশি কায়ন-মৈনা পুন্সি লাইমন্ ওইনহন্গে— থল্লখোই॥

[ ২৭ ]

লৈরাং ওইনা থুংজগে
থংলেন ঙাইনা থাঙ্জবী
শীঙেল্ লৈসুংশি কপ্পরৈ
লাইবক্ চাউবী কোম্বীরৈ— শাৎলরেদো॥

অপাম্না সুংশি শাবিবা
নুরা পাথং অঙাওবা
সুংশি খুদোল্ তম্নবা
লৈরাং চিংডৈ হেক্পদি
শীঙেল্ শায়োন্ ওইমিন্নরশি
সুংশি থুংদবা ওইনহৌ
লৈরাং থম্মোইনা পাওথঙ্ নরি
অপাম্-সুংশি থুংজদ্রি হেক্পিনু॥

মুজা ওইবী নহাক্তুঃ
য়াদ' পন্‌বান্ য়োঙমদ
নদোম্ থম্মোই কায়ত্তুনা
কোম্বীরৈ শায়োন্ লৌখ্‌ত্রবা
শীঙেল্ লৈথোং চংতুনা
নুরাসু য়াওবরা য়েংজরি।

থংলেন্ কায়ন মগুংলাং
মঙারক কান্‌বী য়োজরে
লৈরাং শায়োন্ লোত্তুনা
মুংশি ঙাইনা শাৎচরি— য়েংবিরসু।
মুংশি মীনম্বীদি য়াওরদে
শীঙেল্ লৈরক্ তিল্লদে
মুজা মাসু য়াওরদে ॥

অপাম্ মুংশিদি থোঙ্‌হাশিন্
মুংশি করিগুম্বা থুংঙোইদ্রা
নুরা থম্মোই মিপাইরক্
থাঙ্‌লেন্ ময়া চিক্তুনা
মুজা তোয়না রাশক্‌খিবদো— কাউরবোই।

পলৈম্-পম্থোনা য়াদবা থোক্
থংলেন্-নকা য়োঙমদবা থোক্
রাশক্ কোঙ্গোই হুক্‌চগে
মঙারক্ কান্‌বী য়োজগে
মকোই-মুংঙোল্ চিংথক্‌সে
থরাইনা থংলেন্ ঙাইজগে
মুজাই ওইদ' রাশক্না থম্মোই মৈগুম্ শাহোবা—
থঙ্‌লিয়োইদো ॥

কুম্‌গী চেল্লা চেক্লুংশি
কুম্‌ওন্‌ পুবী খোঙ্গুংশি
কায়ন-খোঙ্থাং য়ৈত্থনা
থাদোই থাদোই পী-থাদোই— খোংলয়েদো।

খুমন্‌ মৈয়ৈ লাংবনা
থাদোইগী পুক্‌চেল্‌ য়েংলুবা
অয়োইবা পুন্‌সি খোঙ্‌ফম্‌দা
থাদোইবু হীক্লা কৌরগা
নোংয়াই থব্রাইনা চেক্লা-শা
থাদোই থাদোই কৌবরি
মুংশি লমন্‌ শিংলরি
মুংশি তোয়না তেথারি॥

থব্রাই চেক্লা চেক্লুংশি
থাদোই থাদোই কৌবিবসি
নূরাগী পাউজেল্‌ লাক্লিবোই
মুংশি নপাউ তম্লিবোই
মুজাগী করি পাউজেম্লো
তোয়না তোয়না হংজরি।

থাদোই থাদোই কৌবদি
খোইবী' লমন্‌ শিংবনি
পোথা পোথা খোংবনি
মুজাগী পাউজেল্‌ নত্তেদা— হংলরম্লু।
মুংশি খোঙ্‌হারুবা নহাক্লমু
মুজা মাগী মশুংলাং
থম্মোই কায়না কৌনহো॥

থেংনবা অহিংগী মতম্দা
    সুংশি-চিরু উম্রৈগে
    থংলেন্ কায়নবা চেক্লাদা
        নিংশিং নিংশিং কৌরিবা
কায়ন-তেংথা তামিন্নরগা— হায়রিখ্রবাই ।

সুংশি করিগুম্বা থুংত্রবা
    ননাওগী থরাইনা চেক্লা-শা
        থংলেন্গী থরাই থোঙ্গান্দা
        তাংলো লৈ-না থেংলবদা
        থংলেন্বু হীক্লা কৌতুনা
        পাম্মু লাক্পা ঙাইজগে হায়খিদ্রাই
কদায়—সুংশি-চেক্লা থোংলদ্রে থম্মোই লাইমন্ ওইহৌদ্রুগ—
                        লংনরম্মোই ॥

[ ২৯ ]

অনৌবা নোংনা কুম্দম্লরে
    নোংখোঙ্ ফুইনা হৌরক্লে
        কুম্গী নোংখোং হৌররে
শাবী-লৈরাং মকাদা— পাউজেল্লরে ।

        নংহৌররোই মতাগুম্ পাইরক্লে
        অনিং-অনিংবা মাল্লরে
        কৌক্রু চীংগী চীংদোন্সে
        অঙোবা পেজাউ থাল্লরে
        ইঙা নোংনা কুমহৌরে
        ইঙেন্ নোংনা কুম্থাইররে
        লৈরাং লৈকাদা চুপ্লরে
            ইকাইজৈ ইকাইজৈ খাঙ্নরে ॥

নোংথোঙ্ নেম্না চুন্নিবা
কুম্গী নোংজু ঈরিনা
মঙানি ঈশান ন্যোরিগোই
চেংহি-শঙাল লাংশিবোই
কুম্গী নোংবা থাদোকপিগোই
নোংলক্কা মুম্না য়েংজরি।

মুংশি ঈথৌ লাংলবী
মালেম্ লৈম্না শগুংলাং
কুম্গী নোংজু লাক্পনি
কায়নবা নঙ্দি য়েংলরম্মু— হন্থরো।
নুরা মাহাক্থং চাক্পদো
কুম্গী নোংবা মুৎনরো
কায়ন-পিরাং চান্নরো॥

মঙানি ঈপাল্ লোক্পগী
চেংহি মনম্না হা-রবী
খজাই নাপোম্দা চোইজাইনরিবী
অউবা থম্মোই খোইরাংহন্বী
নুরাগী শাইনোন্ লম্হেন্বী— নিংশিংজয়েদো।
খজাই লেংঙোন্ চুন্নদা
ইকাই থীবী' হোনশা
মাইথোং কৈনদি থাং
মুংশি নাচোম্দি তম্
মুজাগী শফু্ল্ কোমথবা
শাইনোন্ মনম্না খোইরাংহন্থিবা
নৌহৌ-নৌহৌ নিংশিংহল্লগা থম্মোই মৈবা চিংহন্গে
— থম্মোই॥

মুংশি মৈশা কিবনা
ঈরোম্মুং ওংনা চাউজবী
কুমগী নোংজু ফংলবোই
শীঙুল্ লৈনুংশি লৈথম্বাল্— শাৎলরেদো।

লাইজ ঈপাল্ লাংজরি
থংলেন্‌বু চিংনা য়েংজবি
থেক্লা নোনা কেজরি
অউবা কনানা কল্লকথরনি
থেঙ্গোং' শংলেন্ শেৎচরি
লৈবাংগী ফজবা লোৎচবি
থংলেন্‌গী থোগল্ ফংলনি
মুংশি ঈরাং হৌজরি ॥

লৈবাংনা পোম্বোম্নবা উরগা
মুংশি ঈহৌনবৈ হৌনশা
চরৈনা মদোম্ ইকাইজতুনা
কাইদ কোম্‌গোম্ হীকথরবী
থম্বাল্লৈকা কুচু ঙমজবী
নূরাগী থাবোম্ তনিক্লবী নিংশিংলরে ॥ ✓

মুংশি থুংদ্রিবৈ কেম্‌থিদ্রা
'থাবা উল্লেন্ কিবনা
ঈপাম্বাবু ঙাইজরগা
মুংশি থুংগে শাৎচবনি— য়েংলরম্মু।
মুজা মাগী থম্মোইদি
শকহেন্‌বী' মতিক লিন্দাউবীনি
অনৌ অনৌবতা পাম্বীনি।

থম্মোই' পাউদম্

নূরাগী থাবোম্ তনিক্লবী
শিক্লমখোবা মতাগুম্
লেম্ন-লেম্ন উহল্লগা
অপাম-সুংশি ম্রিহৌহল্লগা
চেৎনা খঙকোন্ কোন্থিবা —কাউরবোই।

নোক্মি নোক্মি তৌদুনা
সুংশি সুংশি চুপহন্দুনা
নোম্নরবী থাবোম শিকহনবা
নূরাগী চিন্বাম্বোংদনা
ওক্লেবা তনজখরে মহাইবা
থোইনদি চেৎনা কোন্শিনবা
তুংদা খল্ল-খল্লগা কঙঙাওনহনগে লোনম তৌরমবোই
— হাক্মল্লি ॥

[ ৩১ ]

সুংশিনা ঙাইহাক্ লৎনঙৈ
কুইনা ঙাইরম্মে মতাগুম
থংলেনবু চেজেৎ কোন্শিন্নি
থম্বাল্ লৈকা উমশিল্লি— য়েংঙুদো।

সুংশি-চাম্ন লুহোংঙৈ
তম্পাক্ ফম্বে পম্নঙৈ
থম্মোই লৈরাং শিম্নগুম্
খজাই লেংঙোন্ চুপ্নগুম্
থংলেন্ নহাক্থংগীনি
লৈরাং ঙাইনা শাৎপনি
সুংশি রাশক্ লোম্নশি
ননাও থম্মোই পীজরি ॥

থম্মোইদা তাবা মুরা-শক্তম্না
মাঙ্‌দা শং-শং লেপ্লয়ে
ম্নারুম্ন হায়রব্রবোই থল্লুরে
মুজাগী শন্নাং নান্‌জগে
ঙাঙ্‌াম্নবা চিনবান্ চুপ্‌চমে
চেৎনা-কোন্‌গে তোক্লবৈ— মাঙ্‌থরে।

ঙাইহাক্ হিংবা পুন্‌সিদা
অওন্ অওন্ চারবী
মুংশি লোনম্ তোরবী
মাগুম্বী থম্মোই নত্তেদো— য়েংলরমু।
অশেংবা মুংশিগী হৌনশা
পুক্‌চেল্ অনী লোংনদে
কায়নবা কোবা লৈনদে ॥

অমুক্ লাক্লরোইদবা পুন্‌সিনি
কেন্‌থ্‌রবা লৈরাং শাৎলররোই
মঙ্‌লান্‌গুম্বা তাইবং পুন্‌সিদা
মুজা করিগী মংগ্রেম্নবনো
থম্মোই শোক্লা পাউদম্‌জরি— তারখো।

নুরানা থম্মোই পীবদি
ওইদ-[illegible]ান্ ওইহনগে পীবনি
অঙাওবা নঙ্‌দি কপ্‌চহো
থম্মোই কায়ন লেন্‌জহৌ
পুনসি মৈশা লাংজহো
মৌনা পুন্‌সি কেম্নহো
মুবাক্ থুনা থোয়োম্নোইনো নুরা-নোক্ল পেম্নগে— থম্মোই ॥

[illegible] ॥ 'থম্মোই' পাউরম্

মুংশিবদা মুংশিগন্‌বৈ হৌনশা
থম্মোই তেংনা পীগন্‌বী
থম্মন্‌-চাউবী লৈনুংশি
থংলেন্‌ কাদা পাউমেল্লরক্লে—লৈয়াংসে।

কায়ন-মৈশা কিবনা
লাইজ ঈরোল্‌ কুমহুনা
ঈপান্থক্তা শাৎলবী
মিপাই চাউবী থম্বাল্‌নি
লৈরাং লৈহি কম্‌দরি
শীঙেল্‌ লৈকা তেক্তবি
লৈরাংগী লৈপোপ্‌ কায়দরি
পাম্মু তোয়না খাম্‌জরি॥

কায়ন-মৈচাক্‌ পুঙমদ
পলেম্‌গী চৈথেং খাঙ্‌ঙমদ
লাইজ ঈরোল্‌ কুম্থ্রবোই
থম্বাল্‌ লৈরক্‌ তিন্‌থ্রবোই
নুরাম্থু মৈচাক্‌ খাংলিব্রোই
লৈরক্তা মুম্ন-মুম্না য়েংজরি।

কঙঙাওনবা নত্তৌ উরগা
ঐবুম্থু নুরা-মাগুম্‌ থন্‌থ্রনি
থংলেন্‌ থম্মোইনা থাজথ্রবোই
লৈরাং থম্বাল্‌ পাউমেল্লকই— চঙ্‌বিম্থু।
ওইন-চাউবা খোইমুনি
লৈরাং লৈরৎনথিনি
ইদোম্‌ থম্মোই কায়হৌনি॥

নুংঙা থম্মোই কন্‌থিঙৈ
ঐবু থীনা তৌমন্‌বা
নুংঙানা চংহাৎ-হাৎলম্বা
থল্লু-থল্লুরগা ঙাক্লৌজে
কঙঙাওনবা ইতৌ য়েংলগা—লৈয়ঙিবোই।

করি পুক্‌চেল্‌ কোবগে
করিগী মুংশি শাবগে
থম্মোই কায়গে কায়জহৌ
নদোম্‌ শিগে শিজহৌ
থম্মোই নৈথৎনা থনম্বা
নেথৎ নেথৎ চৎথিবা
মুজাগী মুংশি ঙাশক্তি চঙ্‌হাৎ-হাৎপসি ওইরবোই

—হাক্‌মল্লি ॥

[ ৩৩ ]

চীংদা শাৎপী ইঙেল্লৈ
চিন্নদনা কেন্‌থি শোম্নৈ
মীওই' পুন্‌সিগা চাংদম্‌লৈ
তাইবং' তোম্নদা তেংথারৈ— শাৎলয়েদো।

ঙসি চীংঙৈ শাৎলরি
হয়েং লৈমন্‌ চল্লনি
লৈরাং তম্না পৎলনি
ঙসি পোক্‌পা তাইবংনি
কুইদবা পুন্‌সি খোঙ্‌চৎনি
লৈরাং আঙুম্‌ কেল্লনি
তাইবংদা তোয়না মেল্লরি
মীঙেল্‌ পাউতাক্‌ পীরবি ॥

লৈরাং তুমিন্ কেন্‌থিগুম্
শীঙেল্' পুন্‌সি লোইখিগুম্
নূরাম্বু তুমিন্ লৈরবোই
থম্মোই লৈরাং মল্লবোই
পুন্‌সি লৈনম্ কল্লবোই
সুজাগী মাইগে-ওন্ন য়েংজরি ।

ঙসি হয়েং নোংনাইদবা
তাইবং পুন্‌সি মালংচৎনি
মৈতাম্না ব্লাখৈবদা লোইবনি
নুরা মাদি কাউথরে— য়েংলুম্ন ।
ঙসি ফজরিবা শক্‌ফম্‌সে
হয়েং লোইখিনি থন্দরে
শক্তী নাপল্ কাথরে ॥

শক্‌হেনবীগী হৌনশা
পক্ষিরম্‌দাই মতম্‌দা কাউশিন্ন
নুরা থম্মোই ওল্লগা
শানৌ ইমাম্নবা কনাগী
ওইগী নাচোম্ ওইরোইদরা— হংখিবদাই ।

চোইজাইনবী শল্লাং মরক্তা
ফল্লপ্ খিক্তং য়েংলগা
নকাদা তেংনা পীরবী
লোম্না লৈনম্ কম্নবী
সুজা' থম্মোই লৈরাংনি
কনাদা অমুক্ শিন্ননি
সুজা ভোম্রনা হায়বদি মংলান্ ওইহন্‌গে থন্‌খিবোই
—হাক্‌মল্লি ॥

ইঙা ইঙেল্ শাৎনবৈ

থরান নোংজু শীংনবৈ

লোন্না মিৎচি খৎপলৈ

শীঙেল্ লৈনুংশি তখেল্লৈ— শাৎলম্নেদো।

নুজা ওইবী খোয়দাবৈ

লৈচন্ কম্না থেৎনবৈ

নুজাগী নাচোম্ শেম্নবৈ

নুরাগী নাপ ঙান্নবৈ

শাইনোন ঈবাং থাংনবৈ

থংলেন্ খুদোল্ তম্নবৈ

নুংশি নুংশি শোন্নবৈ

তখেল্লৈ নাচোম্ শেম্ন'ব ॥

শীঙেল্ তখেল্লৈ লৈখোংদা

নুবা তুমিন্ লেপ্পুনা

লৈপোপ্ ফজ্বা খল্লিবোই

লৈচু হেন্থা যেংলিবোই

তখেল্লৈ নাচোম্ শেমলিবোই

মুরা লৈববা য়েংজবি।

নুংশি রারী তোয়বন্দা

নুন্না রাবী শারদ্রে

লৈরাং লৈখোঙ্ চঙ্লদ্রে

তখেল্লৈ নাচোম্ শেম্নদ্রে— য়েংলবনু।

মদোম্ থল্মাই মীনম্ঙৈ

লৈরাং লৈখোঙ্ চংঙম্দে

শীঙেল্ নাচোম্ শেম্ঙম্দে ॥

রাজমাই পাউদর

তখেলৈ নাচোম্ মাহাকুথং
থম্মোই পাখোং চন্খিবা
মুংশি কিশি কিনথিবা
পরৈ চেঙনা লৈনথিবা
চবোৎ লাংনা পাদম্নথিবা—কাইরবোই !

অচিক্' অহিং ওইবকুডৈ
তখেলৈ নাচোম্ পীরকুডৈ
মুংশিদরা নাচোম মনমসে
হুন্দোকপিনু ঐগী নাচোমসে
মুংশি নশুংলাং শেম্বনি
নাচোম্না সাক্কি ওইনশি
মোম্না মযাদা লৈবিনে মুবাগী তখেলৈ নাচোমদো
—খঙ্লিবোই ॥

[ ৩৫ ]

ঙোৎকুনবা লৈচিন মবক্তা
শম্না লেংপাক চোইজাইনববা
শবদ কৌবী অংেংবী
কাইদ তপ্না মালেমদা— লেংথবরে ।

মবোং চন্বী ফৌ-চরোং
চোমাই চাউনা চিন
মমুন ফাববা হৈবাং
ফিগাও থম্না য়োম
খুজোক্ থম্না পায়
লবুক্ লঙ্কাং খুদিং
কাইদ ক্লাইদ চৎ
জোজহোবো চাজহোয়ো য়েম্নরি ॥

ঙাইহাক্তসু পোথারম্দে
খোঙ্থাং অমুক্তা লেপ্লম্দে
হৌখ্রবা নুংশিবনি য়েংলরোই
নূরা হন্না য়েংদ্রবোই
নুংশি নুংশি চৎখ্রবোই
মুন্না য়েংজে য়াওরম্দে।

নুজা মাগী থম্মোইদি
থম্মোইগী নুংশিবা লোৎখরে
নুংশিবা লৈত্রবা থম্মোইনা
কবিগী হন্না য়েংলনি—য়েংলররোই।
থম্মোই' নুংশি পাউজেন্নবা
শরদকী থাবল্ শোন্নবা
নূরা মাগীদি লৈররোই॥

হৌখিবা শরদ'মা হৌখ্রবসু
ঙসিসু হন্না থোক্লরি
শরদ থাবল্ লম্হেন্বী
থোইনা নৌনা নিংশিংলবি
শানখিবা নুংশি য়ারীদো— থঙ্দ্রবোই।

ঐখোয়' তৌরি' অপুন্বা
থাজ মাদি উরিনি
ইকাইজৈদা শরদকী থাজ
পাম্জদেদা মেংলবা মঙাল্
নুজা পুক্চেল্ থঙ্দুনা
থাজনা তুমিন্ লৈখিবা
ঙসিদি লোৎতরে থাজসু থম্মোই-মৈচাক্ হাপ্লয়ে—উত্রবোই॥

তঙাং তঙাং শক্মুহেন্‌বী
শরদকী নাচোম্ নিংথিবী
নুয়াগী চিন্‌বান্ খীংনরৈ
লৈপন্ ময়া জবাকুশুম্— শাৎজরেদো।
অপাম্-সুংশি য়াওজনিংদে
শানৌগী পাওথঙ্ তাজনিংদে
কায়ন-তেংথাসু তাজনিংদে
কল্লক্-মীহৌ য়াওজনিংদে
নুবাগী শম্‌জিবৈ ওইজনিংদে
মুজ'গী নাপ নক্‌চনিংদে
খুদোল্ লৈরাংসু ওইনিংদে
লৈরাং তুমিন্ শাৎচগে॥

লৈবাং শাৎলবা উবগা
হৌখিবা পুন্‌সি নিংশিংবা
মুংশি নঙ্‌দি নীংশিংদ্রবোই
মুজাদি কবিম্'তা খন্দ্রবোই
পুম্‌কাউ-কাউরগে খল্লঃবোই
নীংশিং নীংশিং য়েংজরি!

লৈবাং ফগায়না শাৎচবা
লৈকা লৈকা খুদিংদা
নুবাগী শকতম্ উত্থুনা
থম্মোই শোক্লা য়েংবদো য়েংলবসু— উজনিংদে।
নুবা মাদি খন্‌থিদ্রে
নীংশিংবা কৌবা লৈখিদ্রে
নদোম্-থম্মোই কায়রনি খল্লসু॥

অহিং ইচিক্ হল্লকচৈ
নুরাগী থোঙ্নাও অহোবদা
ঐবু লাকচরে খঙ্নবা
সুংশি খুদম্ খঙ্নবা
লৈরাং জবা-কুশুম্ থেৎখিবা— কাউরবোই।

সুংশিবী মিকপ্ থোক্লগে
লৈবাং থেৎলগা য়েংঙুনে
পলেম্ মাবু তাক্লিচৈ
থোঙ্গী নাতৈ কাঙ্লবো
পম্বো মানা খঙ্লিচৈ
নূরা থোরক্লো ঙাইজবা
নীংশিং নীংশিং নৌহোনা থোক্লেন্ মঙ্গুম্ ওইনবি
— খঙ্লিরোই॥

[ ৩৭ ]

থোঙ্নাওদা থেৎপা লৈরাংবু
নূরা তপ্না লৌথোক্লগা
থোঙ্গী নাতৈ কাঙ্ড়ুনা
নাশোল্ পিক্লা থোরকপা—নীংশিংলরেদো।
ফনা কুইনা য়েংজৈদো
উইরুম্ খিক্রুং তৌরুইদো
জবাকুশুম্ থেৎলবদো
ঐদি হৌজিক্কো উবিদো
অহিং কয়া'ম্ থেঙ্খ্রগে
কয়া কুইনা ঙাইরগে
কুইনা ঙাইরে শাউববা
শাউগনখ্রেবা নহাক্লে শাউনুবা॥

নুজাগী ইকাই' তাইনফম্
নৈপন্ ময়া জবাকুশুম্
ঙাংলবী শীঙেল্ নৈরক্তা
নৈ-বা খুৎনা নৈরবোই
ফিজি চিংগে তৌরম্লই
নূরা নঙদি নৈরম্দে।

নুংশিবনা হল্লা য়েংরিল্লবা
কায়ন-নভৌ-য়েংঙম্দে
নৈরাং ইভৌ উবগা
থম্মোই লাইমল্-কাঙ্না খোইশাওন্‌রনি— য়েংলবম্‌।
কাউগে থম্না কাউখ্রবী
থম্মোই নুংগুম্ কন্‌খ্রবী
মাগী রাখল্ তৌরম্‌॥

থাজ নৈরাং উবগা
কুম্ওন্ কুম্চৎ য়েংলগা
নূবা-কায়ন রাখল্লা
থম্মোই লাইম্ন ওইনবা
নুজা নঙ্দি কল্লক-পোম্রবোই— ফাজমল্লি।

ঐনা থেৎপা জবাকুশুম্
নূরা খুৎনা পায়
ঐবু শাউরমাল্লে মতাগুম্
ইমাইদা পোপ-পোপ্ ফু
সে শাউরম্বু কৈদৌগে
চেৎনা অমুক্তা কোন্‌বিয়ু
নূবাবু চেৎন-কোন্ চুপ্ হন্‌বা কায়নভৈদা নৌহৌনহন্‌গে—
খল্লম্মোই॥

সুংশি-কোম্ন-চুপনৈঙে
মাক্তা শাৎপা জবাকুশুম্
লৈকা লৈকা শেৎপনা
নুরাগী ইকাই' খাঙ্‌নথিবদো— ৱাংশিংলখো।
অশাৎপা জবা-কুশুম্ লৈরক্নি
ঙাংলখা লৈয়োন্ মনুংনি
নোক্মি নোক্মি তৌররি
লঙ্‌না-লঙ্‌না শুগৎলি
মতোম্দা থিক্-থিক্ নোক্চবি
লৈরাংগী লৈনা হাইজিল্লি
মাইথোঙ্ অমুক্ লোৎশিল্লি॥
হুরান্-হুরান্ য়েংলক্লি
থিমল্লি শুগৎকনু য়েংনিংদে
অমুক্ত' হন্না চুপ্থিগে
শম্দোন্ পায়দুনা চিংশিন্নৈঙে
চেৎনা কোন্গে তৌরুনৈঙে
পাম্জদরে চুপ্লিনু ওইনৈঙে
হন্না য়েংঙুই ওইরম্দরে।
নুরাগী রাখন্না ঙাওরবোই
নুজা ওইনা উরুরবোই
লৈরাং' লৈনানি খঙ্‌দ্রবোই
শীঙেল্ লৈকা তৎলনি— চিংবিনু।
নুজা মাহাক্থং কঙঙাওনবা
নূরা মানদি খঙ্‌বিরোই
লাংনা পাদম্ য়াররোই॥

পলেম্ ইথিল্লা কন্ন-পু
পুন্সি খোঙ্ দোই ছুন্
খামরেন্ অওম্বা মৈতালপ্তুম্
থম্মোইদি মুংশি মৈচাক্-পু
মুংশি মুংশি খাশিন্নবা— খামল্লি।

থম্মোইদা থম্মোই হাপ্লগে
মুংশি চেৎনা কোম্নগে
নিংশা ফুইনদি হোল্
রাহৈনা ফোংদি-ফোংঙমদ
খজাই লেংঙোন্ চুপ্ হন্বা
মুংশি রাফোং ওইনবা
থম্মোই-কাযন-পিবাংলক্তা মুংশি রাখৈ ওইনহৌ—
খনখিবোই॥

## নহাকথং পুক্নি কেন্নথৌরিদো

[ ১ ]

কাউঙম্দ-মৈনা সুংদ-ওম্
কায়ন-পিবাংনা থিংলু-নাপোম্ থুম্নবি।
নহাকথং থম্মোই মৈরা-চিং,
নহাকপু ঊনা থুবাক্-লাইথল্ য়েংজরি।
নশুংলাং তত্তন-শিম্থবা পিরাং
নকা-তন্না চেন্সনু থম্মোই-পাউজেল্ ওইনবি ॥

[ ২ ]

নুংশি কায়ন-মাথন্না
রাথল্ মঙ্লান্ শাদুনা
হৈখোঙ্ লৈখোঙ্ খুদিংদা
মদোম্ কণ্ডাওননা চৎচরুই
নুবা কৌনা য়েংজরুই।

কোম্মীয়ৈ লৈখোঙ্দা লোৎলিবোই
তথেল্লৈ নাচোম্ শোল্লিবোই
জবা-কুশুম্ মনা পৎলিবোই
নুজা ঙাক্তা উরবা
নুংশি অমত্তসু ওইরম্দরে।

তথেল্লৈ মদোম্ শাৎলম্লে
জবা-কুশুম্ লৈনা তেক্লম্দে
থাজসু মদোম্ ঙাল্লম্লে
রাথল্ মঙ্লান্ ওইবম্বা
মদোম্ থম্মোই মম্নবি।

নুংরাবু কংলথিনি রাথনা
পুন্সি অরুক হিংলিবা
থিরু-য়েংঙু খুদিংদা
নুংয়াদি নক্না ত্থামখরে
ম্‌দোম্‌ থংয়েংই কায়রেদো।

কুম্‌গী নোংখোং তম্বগা
অনৌবা লোংখৌ লাক্তুনা
অনৌবা নোংজু হৌরক্‌পা
শিম্বরিবা মিৎলু লাইজগা
কুম্‌গী ঈনৌগা ঈরোইনৈ।

মেংলবা থাবল্‌গী ইপোম্‌দা
কাইদ-হুম্বা মালং ঈথিন্দা
অথেংবা খোংবী চেক্লাদা
য়ানি-য়ারোই খল্লুদনা
নুংশি মৈচাক্‌ পাউজেঙ্গে।

[ ৩ ]

ইরাং থাংবী বসন্ত !
শানৌ নুংশিবী মাহাক্তি
কেজ-নৌজবী নুংরানি
ঙাংঙ্ৱান্নবা কুচু লম্‌য়োবী
খজাই নাপোম্‌ নিংথীবী
নঙগী ঙাংঙ্ৱান্নবা আবেরদো
কাইদ-খিক্তা মতৈয়ু
নুজা মাইথোং অহেন্‌বী নুরা'-কুচু মঙ্‌থিনি—পান্মুজে ॥

থৈরাংদৈ হন্না খোৎলবীনি ।
শোক্‌খিনি ক্ষায়খিনি মতাগুম্‌
কাইদ-থিত্রা মনাম্নু— নাথিনি ।

মুংশি চেৎনা কোল্‌
ঐমা তোয়না চূপ্‌থিবী
নুরাই তঙাংবী চিন্‌বান্দো
ঙাংঙ্‌াম্নবী খজাই নাপোম্‌দো
চূপ্‌চনিংবনা থম্মোই ঙাওনহৌই
নাপদা লোম্না তম্বিযু পলেম্‌-পম্মো তাথিনি—হাযবিক ॥

ঐগী পাউজেন্দি পুবিদে
নোক্না নোক্না মচৎথি হন্না ফাউবা য়েংলম্‌দে ।
অপাম্‌ মুংশিদা য়েল্লম্বোই
ফজবা শকক্তা তম্লম্বোই
কায়ন-মৈচাক্তি তাক্তবোই
ইদোম্‌ থম্মোই কায়জহৌবগে
চৎলু বসন্ত চৎলু কায়ন-চৈথেংদি খঙ্‌লিরোই— য়েংলম্নু ॥

[ ৪ ]

কুমওন পুবী চেক্লুংশি !
মুংদা মৈরী ওম্নবী
মুংশি কাউবা শাশিম্নবী
ওইন-চাউবী নুরানি
খঙ্‌শিন্‌-উশিন্নদ লৈরমনি
নুরাগী ইথোল্‌ চাইগোইমুং
পামেল্‌ ফৈরাদা তোংলগা
মুংশি-কায়ন-শৈশক্রা নুরা থম্মোই নৌহল্লু— খোংবিরু ॥

ঐগী থম্মোই-কায়ন-তেংথাখোল্
চেক্লাগী খোঞ্জেন্দা তিল্লগা
নূরা মকা য়োসন্নু— খোংবিরু।
নুংশিনা-নুংশিদ শাবদি
নূরা থম্মোই কন্‌মল্লি
কায়ন-মৈরি মুংলম্‌খো
নুংশি লম্খুং তাক্লম্‌খো
কণ্ডাওননা থম্বিনু পাওমেল্লম্‌খো
ফোংওম্‌দ্রবা থম্মোই মৈচাক্‌সে চেক্লা খোঞ্জেল্ ঈরোইনা
— পাউদম্বিরু॥
থম্মোই কায়না পাউজেন্‌বা
চেক্লা তম্বিরু য়াদ'দি ফজদেদা চেক্লা চা।
ঐগী কায়ন-তেংথাখোল্
চেক্লা খোম্থাংদা তিল্
নূরা মাবু তাহন্‌বা
চেক্লা খৈনা য়াদবোই
নুজাগী মিচং ওইখ্রবোই খোংবিরনু ইনাক্তা— পাইখরো॥

[ ৫ ]

ইচিক্ হুন্‌বী থাজ ও।
হায়দোক্তবা থম্মোই নুংদ-ফুম্
অহীক্লবা থম্মোই কপু-শা
চরৈনা ইকাইঙৈ থোৎলবী
নূরা লোংনা য়াতারম্‌নি
কোয়িবা চরৈ লোইশিন্‌বিরগা
পলেম্ মাবুদি তাহন্দা
নঙ্গী মেঙ্‌লবা ইপোম্না কাইদ-তগ্ন-নান্ হোদোক্‌পিয়ু
— থংথিনি॥

মুজানা খঙ্‌বিরমনি খন্দবনা
নুরা নুংজা চঙ্‌শি-চঙ্‌ঙদা
মীংঙাদনা চিংনা য়েংহৌই— ঙম্বিয়ু।

খংলেনা রানা ঙাইবিদো
মুজা নঙবু হৌগৎলো
পুনসিগী কাউরগে খনবোই
নুংশি পাউজেলগে খনবোই
নূরা মিকপ্‌ থোক্লোনে
নাপ-চিক্লা হায়বিয়ু নুংশি রাশক্‌ মীংশিংনৌ— হৌদোক্‌পিয়ু॥

নূবানা নুংশি রাশরঙৈদি
থাজনা সাক্ষি ওইবদাই মুজা-রাশক্‌ কায়বদি উদ্রবাই।
থম্মোই ওমচাক্লবা কয়ানা
নুংশি পাউজেল্‌ পীনবা
নঙ' তবাম্‌-তবাম্‌ পুখিবা
ঐগী কাদদি কৈদৌরে
লৈচিন্‌ মবক্তা লোৎপদি মুজাগী মিচং ওইখ্রবোই— থোক্লরন্থু॥

[ ৬ ]

নোংঙাল্লমদাই তাবী মালংবা।
মাহাক্নুংগী রাথোক্‌ ওইববী
শম্বুল্‌ কোমগোম্‌ হিক্থরবী
লমহেন্‌বী শয়াং খবদি
মুজাই খজাই শঙলম্নি
কাইদ-তপ্পা হাইগৎলগা
মুরা থোরক্লোনে ঙাইরিবা
ইমুং মিশে' খাঙলিবসে উদ্রবোইদো হৌগৎলো— হায়বিয়ু॥

থম্মোই' পাউদম

মিপাই চাউবী নুজানি
পলেন্ তাখিনি কিরম্‌নি
কাইদ-নাশোল্ পিল্লা হায়বিয়ু— কিরম্‌নি।
চাল্লা থম্বিরম্বা থম্মোইন।
নুংশি পাওমেঙ্গগে ঙাইজবা
শিঙ্গারৈ লৈখোক্ লোয়খিবা
চোইনা কেন্‌খিবা উরগা
অউবা কনা য়াওখ্রনি
নুমিৎ খুদিং হন্‌বগুম্ ঙসিসু হন্দোবে হৌগৎলো— হাযবিয়ু॥
নুরাগা নুংশি য়াতামিন্নঙৈদি
থেংখ্রে থেংখ্রে হৌগৎলো নাপ-চিক্লা পাওমেন্‌বদাই।
নুজাগী পুক্‌চেল্ হোংখিবনা
তত্তনা ঙাইজরি থঙ্‌বিখিদবা
নুজা মকাদা তম্বিরু
তোয়না তোয়না হায়জবা
নাকোই শিৎনা হুম্‌খিবদি নুরাগী মিচং ওইববোই
— হুম্বিরবনু॥

[ ৭ ]

তাও মালং ঈচিক্-হুল্লবী!
লৈখোক্ লোযরবী শিঙ্গাবৈ
থংলেন্ কায়নবী চেক্লাগী
অরা-তেংথাদি য়াওরবি
নোংশা মপী হোল্লরি
ঐগী কায়ন-পাউজেন্দি
করি ইরাল্ লৈদ্রুনা
তাবিনবা কনা-লৈত্রবা লম্জাংদা কবিগী তুমিন্ পুখ্রিবনো
— ফজমন্দ॥

ঐ-আদনি মাঙ্‌খিদবা
তাইবং মালংবান্না মাঙ্‌ত্রিমথৈ
লেপ্পাই-শিনাইদবা নহাক্তি লৈহৌখিনি—লৈহোখো ।

লেপ্পাইদবা পুন্সি' হৌনশা
পুন্সি মন্নায় চায়রখিনি
শক্তী নাপল্‌ মাঙ্‌লখিনি
হৌখিবব্‌ হন্না ঙ্রেংলখিনি
নুঙ্গাগী পুন্সি লোইরম্‌দাইদা
ঐগী পাউজেল্‌ অমতংদি নুজা মকাদা তম্বিয়ু— কাউবিনু ॥

হৌজিক্‌ চেন্‌বা পাউজেন্‌সে
নুরা মাবু খঙ্‌হল্লবোই অকংবা উনারক্তা লোৎখ্‌রগে
— লোৎশিল্লু ॥
নুজাগী পুন্সি লোইরম্‌দাইদদি
নুবা নঙ্‌গী নহাক্‌থংগীনি
থম্মোইদা থম্মোই কংখিবনি
কাউদ্রি কাউদ্রি শোল্‌হৌই
ব্রাহৈসিদং তাবিখিনবা হন্না অমুক্তা পুবিবক্‌খো—কাউবিনু ॥

[ ৮ ]

লম্‌দাগী নুংশিৎ অঙাওবা !
হকাই থীবী নুজানি
তাশিন্‌-লোইশিন্‌ লৈরম্‌নি
নুজাই ফজবা হুম্‌খ্‌রনি কিবনা
চরৈনা খুম্না থাঙ্‌লিবা
নুরাগী চরৈ হাইদোক্‌খিনি
শহুম্‌ কম্না হুম্‌লুনু
উথিবা কনা য়াওখ্‌রগা নুমা মাবু কল্লক্‌খিনি— পাম্মুজে ॥

সুজা যদোম্ ভাইরিঙে
ঐগী কায়ন-নীংশা মপীসে
সুজাগী শাইনোন্ খোমগৎপা শা— হুম্বিরু।

খাঙ্ঙম্দ্রবা কায়ন-মৈরক্তা
ক্রিং ক্রিং চোংনা থম্বিরম্বা
কায়ন-পাউদম্ য়াওয়ক্লি
ফুইবা-খোনবা নীংশা হুয়ক্লি
চিরু-লোয়া সুজাগী নাপদা
থম্মোই-কায়ন থনম্বদি সুজাগী সুংশি-লমল্লা হংহৌই
—তম্বিয়ু॥

য়া-য়া তত্তনা মশিংৎলি
সুজাগী শাইনোন্ নাপদা ঐগী পাউজেন্দি তম্বীদবা
—ফজমন্দে।

নূরাগী ফজবা উরুঙে
নওস্নু মিহোবা পোরুঙৈ
ঐগী ইপাউ তাহল্লরোই
নূজাগী থম্মোই কাইহৌরয়োই
কাইদ-নাকোই চৎতুনা অকংবা উনা তাইনখ্রবোই
—তাইনখরো॥

[ ৯ ]

কুম্গী নোংজু অকন্বা
হৈপায়া হৈরেপ্ তয়কুঙে
লৈরাংনা লৈশাৎ চুয়কুঙে
নূরা ওইবী মাহাক্সু
মঙানি ঈপান্ লোক্লম্নি
চেংহি শম্বাল্ লাংলম্নি
চৈফু কন্বা নোংলিক্তো
কাইদ-তপ্পা খিক্পিয়ু খোৎন-নৌরবী নূরানি—নাখিনি॥

শিল্পরিবা কায়ন-পিরাংনা
অনৌবা নোংলিক্তা তিন্দুনা
থোংলবী নুরাগী শাইনোন্দা পোপ্-পোপ্ চুবিরু—পুবিথো।
চিংনা তাম্না য়েংজহৌবনি
শিল্পরি খঙ্‌বিদ্রবা পিরাংনি।
থোংলবী নূরাগী হক্চাংদা
কাইদ-তপ্না খিক্পনা
মুংশি থুংবা শকচহৌগে
মিরৎ-নারৎ য়েংদুনা কাইদ-শোম্থাংননা তম্বিরু—পুবিথো॥

কংনাইদ্রবা কাইন-পিরাংসে
নূরাগী শাইনোন্দা খিল্লুনবা পুবিথো কৌবা য়াদবদি
—ফজমন্দে।
মালেম্না ঈথৌ লাংবদি
নোংথোঙ্ ফুইনা চুথরি
ঐ' মুংশি-পাউজেন্ তম্বদি
থওই-য়াওইনা তাবিদ'দি
নূরাগী ফজবা মীহৌদুনা লোম্না শাইনোন্ চুপ্নিবোই—চুপ্নিসু॥

[ ১০ ]

লম্ফেল্ নাপ্না কোন্বীরৈ!
শক্তিবু লাকুয়েন্ তাইরক্পা
অনৌবা কুম্না শিল্লক্পা
নূরাগী শক্তম্ হোংলম্নি
মুজা মদোম্দি্ থঙ্‌লম্মোই
কোয়ৌ য়াওন্-কুম্ওন্ খুদিংগী
পুন্সি লৈরাং কম্‌শিল্লক্'সু
মরু-কেয়্থা থম্মোইনা নূরা-নপাউ তারখিত্রা ঙাইহৌরি
—তম্বিরু॥

শজিবু কুম্‌দাই চৈরাওডৈ

লৈরাংমা তাইবং ক্লুংগাডৈ

কনা তাহন্দনা হায়বিরম্বু মুজাগী নাপদা তুমিন্না—কাউবিদু।

ওইন-চাউবী হৌনশা

নোং'নিনি মুংশি লৎনরবস্থু

নূরাগী নপাউ শাক্থিনি

পুন্সি লোইদ্রিফাও' ঙাইথিনি

পুন্সিগা নপাউগা শিন্নথিনি

মিকুপ্‌ পূংজা পাদুনা কদৌডৈনো তাগদবা ঙাইহৌম্নি—তম্বিরম্বু॥

<u>ঐগী পাউজেল য়াবিদবা</u>

মুংশি-থুংদ মশুংলাং লৈরাং-শায়োন্‌ লৌমা শাৎপদি—অসিমা।

মাই চৎলো পামজদে

কনাগী মপাউ তাজনিংদে

খঙ্‌দে উদে লৈজদে

মুরাগী লৌনম্‌ রাহৈ তারক্কনি

শীঙেল্‌ নঙস্থ কিবনা ইপাউ তম্বিরু মাদবোই—ফজমন্দে॥

✓[ ১১ ]

মুরাগী লৈপন্‌-ময়া জবাকুশুম!

কাউশিন্নবা মুজা থম্মোইনা

খঙ্‌থি-উথিদরা চিংনবনা

শীঙেন্‌ নন্যাক্‌ চঙ্‌ঙম্মোই

নূরাবু লোম্না কৌশিন্‌বিরগা

অশাৎপা লৈরাং হেক্লখো

মুজাগী থোঙ্‌নাওদা থেৎচিল্লু

থম্মোই কায়বা কনাগী লৈকাদা মমি তাবদো য়েংনহৌ

—হায়বিয়ু॥

থম্মোই মিহুল্দি তিং-তিং চোং
খঙ্লিন্-উলিন্নদবা শারমনি
সুজাগী খুজেং পায় শীঙেন্ লৈখোঙ্দা কৌশিন্—হেক্রহল্লু।

অহিং মিকপ্ থোক্নকুঙৈ
মথুংনা থেংলম্বা লৈরাংদো
কাংথল্ খিক্কং হাইদোক্লুনা
সুজা নদোম্ য়েঙ্লুনা
ঐনা থেংথিবা নীংশিংনৌ
মাহাকথং থম্মোই মন্নবা নুরা হস্থাননা খল্লমখো—তম্বিয়ু॥

অপাম্-সুংশি য়াতামিন্নঙৈ
লৈরাংনা খুদম্ ওইনথি ওসিস্নু কাইহৌবিরু য়াদবদি
—ফজমন্দে।
অপাম্-সুংশি ওইনঙৈদি
লৈরাংনা রায়েন্ তৌথিবনি
মাহাকথং থম্মোই মন্নহৌয়ি
নাপ-চিন্না তম্বিরু য়াদবা
হায়রুতুনা কান্নররোই কাউগে থন্না কাউথ্রবীনি—য়াবিদবোই॥

[ ১২ ]

হে শৈজন্ হৈবা অশৈবা!
লোক্লুং চেন্‌বী ঈখোল্‌স্নু
শীঙেল্ চেক্লা মপাউস্নু
কুমজা কুমওন্ চৎথিবস্নু
নঙ্দি তক্তনা শৈজল্লি
ঐগী কায়ন-তেংথাস্নু সুংশি-হীক্লা শৈজল্লু
থম্মোই হক্লা য়াদবদি
সুজা মাগী মগুংলাং স্নাইবী পোস্থা ওইথিদ্রি
—স্নাদবোই॥

হায়দোক্লবা থম্মোই কনাগী

সুংদা ওম্বা কায়ন-খৈজোক্কী

অয়া-তেংথা মপাউ শুবদি ওক্লবোই— কম্মিসুংগীনো।

থাদোই মশুংলাং মেম্লৈলাংবা

য়াইবী পোম্বা ওইনখিবা

সুংশি মশুংলাং শাবলাহায়া

নীংশিং ফুয়া শাবক্লবা

সুংশিবা হেল্লি হায়গেয়া

খঙ্‌বিদ্রবা কনাগী ওম্‌চাক্লবা থম্মোইদি সুংশি শৈজল্লমদ্‌বা

—ফজমন্দে।

অপাম্‌-সুংশি থুংদৌঙে

পুন্সি নৌমন্নখিবা কয়াগী খঙ্‌বিদবা ব্রারীদি শৈজন্দবা

—করিগীনো।

মীওইবনা মীওইনা থাখিদ্রবা

খুল্লক্‌-লৈরক্তা সুংশিনবা

অপাম্‌-সুংশিদি থুংনদ্রবা

তাবিদ্রবা কায়ন-তেংথা কয়াবু

মরীক্‌ চুম্না শৈজন্দ্রবা নঙ্‌গী শৈরেংদু চীরোম্নি—পামজদ্রে॥

[ ১৩ ]

হে ইতিহাস হৈরবা!

সাহজাহানগী সুংশি ব্রারীদনা

নেপোলিয়ানগী অঙকপা মথৌনাদনা

মীহাৎফবা আলেকজেণ্ডরগী

থৌনা ফবা পুরুগী ব্রারীদনা

ইতিহাস মপুংফারে খল্লবয়া

ঐগী সুংশি ব্রারীদি

নঙ্‌গী চীরোল্‌ তৌরবা ইতিহাসনা মনা তাদরা—খোৎচিল্লু॥

ইতিহাসকী মমিৎনা উবিদ্রবা
লান্‌কল্লা মথ্লাইদি কৎথ্রবা
মাখোয়' পুন্সি রায়ীবু নঙ্‌না খোৎচিল্লমদবা—করিমুংগীনো।

শীংথাবিদ্রবা মাখোয়' মতেংনা
লেপো-আলেক পুরুনচিংবা কল্লানা
লান্‌ঙম্‌ ফিরাল্‌ থেৎনবা
কনানা রারীজব্রিদ্রবা লাল্মীশিং
মাখোয়' পুন্সি-রারী য়াওদ্রবা
মপূং ফাদে নঙ্‌গী ইতিহাস মপূং ফাদরি— হাপ্‌চিল্লু॥

তৌবা ওন্বা উৎতুনা
নীংশিং ফুরা শাঙন্বা সাহজাহান্দনা মুংশিবা হেল্লি হায়গেয়া
—তানিংদে।

শীংথাবিদ্রবা লাল্মী মরক্তা
অথৌবা কয়া য়াওখিবনি
মুংশিবা কয়াগী মরক্তা
শাহজাহান্দগী হেন্‌বা কয়ানি
ঐগী মুংশি রারীসু অতোন্‌বনি হুন্দোক্‌ফদে—ইশিন্‌বিয়ু॥

[ ১৪ ]

তুলী শুবা হৈবা লাইয়েক্‌পা।
তাইবঙ্‌গুম্‌ অয়া-মুংশি লৈত্রবা
ঐখোয়' রাখল্‌গা চান-চানরুবগা
ফজে মুংশি হায়না শোল্লবা
থাবল্‌ চীংথৈ মুংদাংরাই
মালংগী ঈপোম্‌দা থেক্লা নৌনা ঙাওজবী
ফুগায়নবী লৈরাং য়েক্‌পদা
অউবা থম্মোই শুজাৎপা নঙ্‌গী হৈ-শিংবা তুলীনা—ওন্বদাই॥

পাম্মু মুংশি কায়নবনা
কাখেক্লবা থম্মোই কল্লাগী
ফোংদোক্লবা মুংশি মৈচাক্তি করিমুংগী য়েক্লবা—য়েক্তনা।
নঙ্না য়েক্পত্নু উবদা
অয়েংবা মীগী থম্মোইদা
থম্মোইগী কায়ন্ মৈচাক্ ৱারীবু
মরীক্ চুম্না থম্মোই'-পাউদম্না
ময়েক্ শেংনা তাহন্বা ওল্লবদি
থম্মোই মৈচাক্ লীবক্লবা করিগী থম্মোই হাপ্তবগে—হাপ্চিল্লু॥
ঐগী থম্মোইস্নু য়েক্পিরো
মুজা মকাদা হাক্থেওননা নোংঙম্দবা মৈচাক্ পাউদম্জগে
— য়েক্পিয়ু।
তুংগী মীরোল্ কম্মাদস্নু
মুজা থম্মোই হৌনশা
মুংশি খঙ্দে পাউমেন্নগে
ফোংদোক্লবা থম্মোই য়েক্ওম্ত্র'দি
নঙ্না য়েক্লিবা অপুম্বা উৎচাইবা চিরোম্নি—য়েক্লুবনু॥ Sakhi

[ ১৫ ]

তাও— পাম্মু-মুংশি খোঙ্দাবশা।
মতিক্ মঙন্ লৈবশিংদনা
অপাম্না মুংশি শাবশিংদনা
অশেংবা মুংশিবনি হায়থিনি
খঙ্বিদবা নঙ্-ঐগী থম্মোইদি
তাহৌ-উহৌয়ি শোন্নবিরোই থম্মোইদা চিক্লা মাঙ্খ্রনি
নঙ্গুম্-ঐগুম্' তোল্লবগী মুংশি পাউথাংদি য়ৈবিরোই—
মাঙ্খ্রনি॥

থাদোই-কোম্ শকুন্তলা সীতা
কপচেৎপী মুংশি চাউবী শোন্নবী
খণ্ড্রিদবা থম্মোই মরক্তা মাখোয়দে হেন্‌বা কয়ানি
— শোন্নবিদে।
পুন্সি মৈতান্না রাখৈনরখিনি
থম্মোই মৈচোক্ কোল্লখিনি
কায়ন-মুংশি মৈচোক্তো
থল্লাইদা চেৎনা লোৎশিল্লো
কনাদা করিস্‌ফু ফোঙ্লুরম্‌
নদোম্ নখুৎনা হেক্তুনা পুন্সি-লৈরাং শেগাইখবো—খল্লুরম্‌ ॥

মুংশিথোইবী পাম্মুবা কৌতুনা
চাল্লবা অরোইবগী শারবা নিংশা-মপীদো— হোন্দোক্লম্মু।
মোংফমদনা থল্লবা মালেম্‌সিদা
কায়ন-নিংশা-মপী কয়ানা
শিৎহৌরি হুম্‌হৌরি ভক্তনা
নখোয়'স্তু কায়রবা থম্মোইদা হুম্‌হৌসম্‌
থম্মোই-তুজুং পোক্লহৌবদো মুংশি-নীংশিং-ফুরা ওইনশি—
হোন্দোক্লম্মু ॥

[ ১৬ ]

হে ঈচেল্ লেপ্তবী যমুনা !
মুংশি পুম্‌হৈ তাজমহল্
কায়থ্রনি মাঙ্থ্রনি মতাঙ্গুম্
কাইদ-মুংশি চুপ্পগা
মুংশিদকো মুংশিবী মমতাজ
সাহজাহানগী খাঙ্ডম্‌দ্রবা থম্মোইথোল্
পীরোইননা অহিক্লবা মখোঞ্জেল্
কোরৌ-নোংজা খুদিংগী অচৎ-অওক্তা পাউদম্বা— পাউদম্‌সু ॥

নিংথৌরেল্ মীনাই চাক্নিবা
পাম্মু-সুংশি মৈচাক্ শৈরদে
তাজমহলবুদি সুংশি-পাউদম্ ওইনবা মীচংই মীথাই নাইমল্লি
— তম্মন্থু !

নিংথৌনি ওম্মি রাখম্না
সুংশিবা লেম্নগে মতাগুম্
লৈত-লাইর্ নীশিং মৈহৎ
লৌথিবা নম্না তাজমহল শাখিঙৈ
থম্মোই কায়হৌরবা কয়াগী
অরা-মৈচাক্ খাঙ্হৌবদুদি করিসুংগী দোংদোক্তে—ফোংঙ্না ॥

ঐগী শেংনা সুংশিজবা
মশুংলাং থম্মোই কায়জবা কনা' থম্মোইদা ওৎলুদে
— সুংশিজবনি ।
সুংশিবগী চাংদম্দি সুংশিবনি
কনাগী সুংশিবনা মহেল্লি
হায়নিংঙাই লৈতবা সুংশিবনি
মীচং-মীথাই নাইফদে
সুংশি পাদম্ মায়হল্লু অথোই-অহেন্ থম্থদে—মায়হল্লু ॥

[ ১৭ ]

হে ঈচেল্ কন্বী যমুনা !
সুংশি পূর্হৈনি মতাগুম্
সাহজাহানগীনা মহেল্লে মতাগুম্
তৌ'ওম্বনা সুংশিবা শক্তুনা
মীরোন্ কয়া লেম্নরক্লিবা
লাইবক্ফবী মমতাজ মশুংলাং
সুংশিনা শারবা তাজমহলসে
পুথখরো চেন্থখরো সমুদ্র ঈরোম্মুংদা লুপ্‌শিন্থরো—
য়েংজনিংদরে ॥

'লম্জাওঁদা শাৎথিবা লৈরাংগুম্
চিক্লা মাঙ্খ্রবা সুংশিদশিং
সুংশিদ-শীংদা চল্হনুগে থন্ থল্লিবা তাজমহলদো—থম্নুবা।

সুংশিবা সুংশিবা পুন্নমক্তগী
বাদশাহগী সুংশিবদনা মহেল্লি
কয়াদা সুংশিখ্রবা সুংশিবনো
মীয়োন্ কনা খোঙ্মাক্লিপো,
সুংশি পাউথাঙ্ লৈরক্লিদো
ওক্লে তাজনিঙ্দ্রে য়েংজনিঙ্দবে ঈরোমংদা লুপ্শিন্খরো
— উহন্‌রিন্নু ॥

থম্মোই পাদমদি ওল্লুদে
নিংথৌরেল্' থম্মোই-পুম্নাহে তাজমহলনি সুংশি হায়নম্ব
হায়নৈদো— খঙ্ওম্দে।
ঐগীদি তাজমহলগুম্ শক্পায়না
'পান্দা পুথোক্পা ভুম্দবনা
থম্মুংদদা ওমত্নুনা থম্বনা—
বাদশাহগী সুংশিবনা হেল্লিদো
খঙ্বিদবনা হায়খ্রনি মাঙ্খ্রনি চেন্থরো ঈরোমংদা
তাজমহলসে— হায়নরম্বোই ॥

[ ১৮ ]

মুজা নহাক্থংগীনি তাবিয়ু।
সুংশি থুংদবা হৌনশা
অউ' অউবা খুদিংদা
তাবিনি তাম্বিরোই থন্দনা
মুজা নকাদা তম্বিরনবা

নুংঙা' নুংখিনঙৈ' ঙায়ৗদো থম্মোই কায়না লীজরুই
তাখিবা কনা লৌখিগে

ইংয়োম্ থম্মোই ময়হৌ পুন্‌শি লোইবা ঙাইজরি— কাউবিসু ॥

নুংশি নুংশি হায়বিয়ম্বা
নুজা নহাক্লফাও' তাবিত্রবদা
কনানা তাবিগনি ঐগী থম্মোই পাউদম্— তাবিররোই ।

কায়হৌরবা থম্মোই' পাউদম্
তাবিনবা কনা লৈত্রবদা
ঙাখল্ লংজিন্ পুন্‌শিল্লক্লে
থঙাই হক্‌চাং নুংঙঙ্‌নরক্লে
পুন্‌শি করিনো থল্লক্লে
নুংশিবা হায়বনা করিনো করিনুংগী নুংশিরুবনো—থল্লক্লে ॥

পুন্সি করিনো খল্লুবা
অতৈ করিসু উঙমদে নূরাগী ঙাখল্‌দা মায়োক্লে—মাঙ্‌খিদো ॥
কায়ন মৈচাক্ ফংনবৈ
নুজা নঙ্‌বু নুংশিরুঙৈ
হৌখ্রবা পুন্সিদা নীংশিংজৈ
থোক্‌খিবা থৌদোক্তা মখঙৈ
হৌফম্ লোইফম্ খঙ্‌দনা পুন্সি চূপ্পা ইয়াক্লজরি—
খঙ্‌ভিরোইদো ॥

[ ১৯ ]

নুংশিবা করিনো খল্লুবা ।
নুংশিগী হৌরক্‌ফম্ থিরুবা
ঙম্‌খৈনা কদায়নো য়েংলুবা
নুংশিবগী ঙম্‌খৈ লৈরম্‌দে
কায়নবনা ঙম্‌খৈসু লেপ্লম্‌দে

মুংশিবা মশক্ খঙ্ত্রিঙৈদি খঙ্ত্রিঙৈ ওইখরে
মুংশিবা খঙ্ঙৈদবী হৌরদুনা
লাক্কদবা পুক্নিদি খঙ্ঙম্দে হৌজিক্তু নুরাগী রাখল্
খল্লিদো—লোইনাইদে ॥
মতম্মা কুইর-কুইরগা মুংশিবদি
থম্মোইদা পীক্না তাশিন্নকুই
মুংদা লোত্তুনা থম্বা 'পাজ্জা মৈচাক্ ফোংদরে—লোৎশিন্খরে ।
ফাদোক্তুনা লৈরম্বা মুংশিবা
নীংশিং নীংশিং নোংহৌনবম্বা
থম্মোইদা পীক্না তাশিন্নঙৈ
কনাদা করি ফোংদঙৈ
থম্মোই মৈবা চিংনহৌবা
ইদোম্ তুমিন্ খাঙ্খ্রনি মপোক্ অসিগী রাজহৌরনি—
লাক্লরোই ॥
পোক্ঙম্দনা পোক্পা মপোক্নি
পাম্মু-মুংশি মশুংলাং পুক্নি কয়া কেম্নরি—কেম্নসনু ।
পাম্মুই হায়নবা থরাই
নুরা ওইবী নশুংলাং
মুংশি কায়না নহাক্থং
থরাইবু থরাইনা খন্খিদ্রে
মীওইবা মাপাক্ করিনো মুজা নহাক্থং খঙ্খিদরে—
লোইখ্রনি ॥

[ ২০ ]

খোঙ্গেল্ অমা তাররে ।
কদোম্দগী লাক্পনো য়েংজরি
কনাগী খোঙ্গেল্লো তাজরি
ইনক্-নক্না লৈরম্লে
কায়না মৈশা লাংলবা

পুন্সিবু পুন্সি ওইনা খল্লক্ত্রবা ঐগী থম্মোইনা
মদোম্ খাঙ্‌বা ঙমজদ্রবুনা
অরা-পীরোইনবা পুন্সিগী ঙমখৈ তাক্পা ওইরম্লে
— নকুশিল্লক্লে ॥

কায়না মুংশি মৈচাক্লা
পুন্সি লৈচিল্ থাংলবা।
লৈচিল্ পোমাই হাংদোক্পীরগে মপুগী কুম্মৈ য়েংলরো।
— পাওমেল্লক্লে ।

লাকদবা কয়া লাক্সনু
হৌখিবা পুন্সি খোঙ্‌চৎসু
নীংশিং নীংশিং কপ্লুরনু
ঙাইহাক্তং হিংবা পুন্সিসু
থরাই য়াওদ্রবা হকচাংনা
খাম্মী মৈমুং চঙ্‌খ্রবদা অমুক্ হন্না লাক্লরোই—পাওমেল্লক্লে ॥

কোরৌ নারল্ চন্‌খিবগুম্
পুন্সিগী য়াচংবা লাক্লনি মপুগী লেঙ্‌দবা য়াথংনি
— লাউরক্লে ।
কোরৌ নোংজাসু পোক্হৌখিনি
ওম্থাং ওন্‌শিন্ তৌবদনি
নীংঙম্দনা লোইখিদৌবা পুন্সিনি
চৎখ্রগা হল্লক্পা নাইদ্রবনি
কায়ননবগীদমক্ মুংশিক্লবদো খল্লুরনু কোঙ্গোল্গুম্ তাক্খ্রদবা
পুন্সিনি—পাওমেল্লক্লে ।

তাও মুংশিবী তাও !
মুজা ওইবী নহাক্কী
পুন্সি খোঙ্‌চৎনা অমনি
ঐগী খোঙ্‌চৎনা অমনি
লোইনা লৈমন্ চন্নখিনি
মালেম্‌থক্তা কেন্নখিনি অকোন্-অহান্ খায়বদনি
লাইগী ন্নায়েন্ য়েংলগদি
নুজা নঙ্‌না লৈহৌরগা ঐনা হান্‌ফম্ থোক্‌পনি—চৎখিনি ॥

অপাম্-মুংশি খোঙ্‌দামিন্নঙৈদি
কাউনমুশি থাদোক্লমুশি ন্নাশক্লখি
পীরাংনা সাক্তি ওইনন্নবসু গুসি নোংদি কায়নরে
—লৎনবিয়েদো ।

ঐনা করিগুম্বা হান্‌খ্রবসু
মুজা ওইবী নহাক্তি
পুন্সি খোঙ্‌চৎ লোম্‌ন্ত্রিফাও
য়াইফম্বদা শরুক্ ওইনহৌ
পুন্সি নোক্না লেম্নহৌ
তাইবং ওইনা পোক্‌পগী মুংঙাইবা হায়বদো অসিনি
— থঙ্‌নহৌ ॥

হন্দক্ মপোক্ অসিগী
কাউরগে থম্না কাউরবসু ভাম্না মুংশি পাউমেজুরম্গে
— লৎনবিন্দু ।

মপোক্ অসিগীদি হৌখরে

হন্দক্কী লাংঙোন্ পুরিবা

থরাই লৈরাংনা কেল্লম্দাই

মিৎলু চেংকুপ্ শীরকপা

পীরাংনা হাইফেৎ চেল্লকাও' সুজা নঙ্বু নীংশিংজগে

— উহন্বিয়ু ॥

[ ২২ ]

সুংশি নঙ্বু তাবরা।

থম্মুং ককোই লৌওন্বী

পলেম্ শানা পুদ্রিঙৈ

তাইবংগী রাখল্ মাঙ্ফাদ্রিঙৈ

হক্চাংনা মালেম্দা তিন্দ্রিঙৈ

শেম্বীবা মপুগী থুয়াথাদা থরাই লৈরাং লৈম্নুংশি

ইদোম্ হেক্তুনা কৎত্রিঙৈ

পীরোইননা সুজা নকাদা অরোইবা পাওমেন্ তম্জরমগে

— তাবিয়ুকো ॥

তাইবং শক্তম্ ওইরিবা

হক্চাংসু মালেম্দা তিন্থ্রনি

থরাই লৈরাং লৈম্নুংশি মপুগী থুয়া য়োথ্রনি—তিন্থ্রনিদো।

তাইবংবু হন্থাননা য়েংথ্রোই

পলেম্না কৌবসু তাথ্রোই

লাইরম্লেন্দা তিল্লরনি

শীগুম্ লম্বী চৎলরনি

থুম্মুং ককোই লৌওন্বী

হৈনা ফীজি পায়নচীং মকোই-সুংঙোল্ তেংথালম্

— প্যাংলবনি ॥

মুজা ওইবী নহাল্লদি
মীরম্লেন্দা লৈহোঔঙ্গে ইদোম্ চৎপা নীংজিং-
মাঙ্ জিংনদৌরি —ঙাইজরম্গে ॥

মুজাগী থম্মোই লৈয়াংবা
মপুগী খুয়া তম্লরুপা
মতম্ অদুফাওবা ঙাইজরম্গে
নুরাবু খুৎশম্ পুজগে মীরম্লেন্দদি লৎনবিখি—লৎনবিরম্ ॥

[ ২৩ ]

নূরা নঙ্বু ব্লারোম্ ।
হন্দক্কী লাংঙোন্ অসিদি
তাইবং মীরম্লেন্দা লাক্পদি
মুজানা ওইন-চাউবী ওইরিঙৈ
মুংশি মুংশি লৎনখিবনা
শক্তম্ মিংলেন্ নাইদবী লাইরৈবাক্ওংবী লৈরাংগুম
ফংঙম্দবা মুজা থম্মোইগী
মুংশি খুদোল্দি ফংজহোদরে মুংশি মুংশি লৎনবিখরে
— ক্য়্রনখরে ॥

থোঙ্হাম্পাত্তি অশি থেলদুনা
খুবাক্ লাইখল্ য়েং
নুরাবু লাক্পা ঙাইজরম্গে অনৌবা লাংঙোন্ লৌম্মিন্নশি
— চৎমিন্নশিকো ।

মপুন্নী ম্লাথং ভুংইম্না
অনৌবা ল্লাংঙোন্ লৌবদা
মুজা ওইবী নহাক্কী
মপোক্ লাংঙোন্ খুদিংগী
ঐস্মু নতুং ইনজগে
লাংঙোন্ লাংঙোন্ খুদিংগী মুংশি খুদোল্ পীনবিয়ু—ফংজগে ॥

লাক্কদবা লাংঙোন্ অত্তুদদি
মুজাগী মুংশি খুদোল্ লৎনবিরম্মু কায়ন-চৈথেংস্মু পীবিরম্মু
— খাঙওম্‌দে ।

হন্দক্ মপোক্ অসিগীদি
পীরাং ঈনোৎ তোয়না তম্
নৌহৌ নৌহৌ তেংথাজরকপা
থম্মোই কায়না মনশিল্লক্লে
অরোইবা বিদায় তৌজরগে লাক্কদবা লাংঙোন্ ঙাইজরম্লগে
— ম্লারোম্মু ॥

তাং ৯।১০।৬৩ইং
ইম্ফাল্

কায়নরশিকো

থম্মোই পাউদম্

